# মাইবগী লাই হরাউবা লাইসোল



শ্রীঙারিয়াম্বম কেরানি সিংহ
(মণিপুর পণ্ডিত লোইশং)

# মাইবগী লাই হরাউবা লাইসোন

(অহানবা শরুক)

অইবা

শ্রীঙারিয়াম্বম কেরানি সিংহ



মমল লুঃ ১০·০০

ছাপা তৌবা
এনজি, ইতোবী সিংহ
কৌন্নু প্রিন্টিং প্রেস
নাওরেমথোং, ইম্ফাল ।

অহানবা ফোংজবাঃ— কপি—২০০০

ফোংজবা--

অইবা
ইভাগী ২৫ নি পানবা শগোলশেল
ওইনাম ইবোহলগী কুম—১৯১০ ।
তাং ১৯ | ৬ | ৮৮ ইং

## মনিপুর পন্দিত লোইশংগী য়াথং

মনিপুর পণ্ডিত লোইশংনা লাই হরাউবগী লাইশোল অসি লোইশংগী ওইনা অথুবা মতমদা ফোংদোক্লবা শ্রীঙারিয়াম্বম কেরানি সিংহ পানা পণ্ডিত্তা হোংনরো হায়না শিন্নবিরে। মথংগী চহিদগী লাই হরাউবনচিংবা চংলিবা অমাইবশিংগী খুদোং চানবা থাইনগী উঝাশিংগী রাহৈ রাতা লৈরম্বা লাইরোল কয়াবু ইথোক্কুনা উমং-লাইগী থৌরম তৌবদা খুদোং চানবা ( শিন্নরে ) হোংনবদা মশাগী ওইজবা কয়াবু থাদোক্কুনা হোংনরকপা অসিদা শ্রীঙরিয়াম্বম কেরানী সিংহ পানা পণ্ডিতপু হন্না হন্না থাগংলি।

শ্রীকুঞ্জচন্দ্র সিংহ পন্দিত আচোবা

শ্রীএন, ইবোচোবা সিংহ পন্দিত য়াইমা

শ্রীলোংজম নিংথেমজাও সিংহ

পেনা শংলাকপা

তাং ৩১।৫।৮৮ ইং

# থাগৎ য়াহৈ

ঐগী ইচান্নুপা শ্রীগুরিয়াইম কেয়ামি সিংহ পন্না পণ্ডিত অসিনা কোংজগে হায়না ইরিবা য়াইরিক "মাইবগী লাই হরাওবগী লাইশোন", অসি ঐনা হৌবদগী লোইবা ফাওবা পারে। মহাক্কা পুয়া কয়ামরুমদগী খিজন য়েংশিন্দুনা মৈতৈগী উমংলাইগী হরাওবনচিংবা ইয়াং থৌনিদা শক্ শোনগদবা লাইশোন্ কয়ামুক ইরিবশি তুংদা হৌরক্লিবা নহারোলশিংনা খংহৌ তাহৌনবা কান্নরবা মৈতৈগী থাদোক্লবা য়াদ্রবা লাইরোম্নি। লাইসোন অসিবু পুথোকলিবা পুকচেল চাওরবা মীশক অমনি মতুংদা অসিগুবা কয়া ইরকখিগনি নিংই। পুকচেল চাওরবা মীশক অসিবু পুন্সি মুংশাংনবা ঐনা ঈশ্বরদা হন্না হন্না থুরুমজরি।

শ্রীনাউরেম অমুয়াইমা সিংহ
পণ্ডিত অচৌবা
কক্‌চীং খুলেন
তাং ১। ৫। ৮৮ ইং

# ৱাহৈ খরদং

'লাই হরাউবগী লাইসোল' অসি মতম শাংনা অমাইবশিংনা উমংলাই হরাওবা, চাকলোন কংপা, কুমজনবা সনামহি লৌখংপ-নচিংবা থৌরম কয়াদা তত্তনা এলহৌৎদগী শিজিন্নরক্লবনি। অদুবু লাইবক থীবদি অস্নুক মরুওইবা থৌরম অসিগীদমক মপুং ফাবা লাইরিক লৈত্তবগী অৱাবা অসি কোক্লবগীদমক খুৎইদা পাথাং পুথাং লান্না শিজিন্নরক্লবা লাইশোন অসিবু ইথোক্ত্না ছাপা তৌনবা পণ্ডিত লোইশংগী মরুওইবা পণ্ডিতশিংনা তাকপিবদগী করিস্ত খণ্ড-দ্রবা পাংদ্রবা ননাইনা ইয়াদা নাপী চিকনা খুৎইদগী খোমজিনজ-রগা ছাপা তৌনবা হোৎনজখি। পণ্ডিতশিং অসিগী থৌজান্দগী লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমজখিবনি।

লাইরিক অসি খুৎইদগী খোমজনবদা য়াম্না মরুওইবা পাংতোক পিবিখিবা ঐগী ইয়াম্বা শ্রীঙারিয়াম্বম কুল্লচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌববু হন্না হন্না খুরুমজরি।

প্রুফ পাবদা অমদি লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনবদা য়াম্না মরু ওইবা থৌদাং লৌখিবা কৌন্নু প্রিন্টিং প্রেসকী ইশেল নুপা শ্রীতেলেম কেসো সিংহবু তৌবিমল খণ্ডবা উচ্চরি।

অতেনবা মতমদা লাইরিক অসি ছাপা তৌনবা হোৎনবনা, অরান অহুই কয়া য়াওবা থেংনবিদুনা, তাকপিরকপা পাউতাক খুদিংমক হরাউ হরাউ লৌজগনি।

পিকথ্রবা লাইরিক অসিনা লম অশোমদা খোংদারক্লিবা নহা-রোল কয়াদা খজিক্কং ওইরবস্থ কান্নবা পীবা ঙমলবদি হোৎনজমন মহৈ য়াল্লে হায়না লৌজগনি।

নোঙ্লুকচবিৱা
শ্রীঙারিয়াম্বম কেৱানী সিংহ

# হিরম লামায়

# অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৪ | ২২ | লিন | লিতু |
| ৬ | ৮ | মতিনৈংগি | (মথংদা) পান্নরেশেংনরে |
| ৬ | ১৫ | লাইবৈরগনো | লাইরৈরগনো |
| ৮ | ৮ | নতিনৈংগি | মতিনৈংগি |
| ৮ | ১৪ | হেমশা | থুমশা |
| ১১ | ৫ | খৌরা | খৌয়াং |
| ১৭ | ৩ | থোনফংপা | থোনকংপা |
| ১৭ | ৫ | ইচে | ইচেন্ |
| ১৭ | ৭ | ওকলিক্ | ওক্লক্ |
| ১৭ | ১৮ | খাবমপাং | খারম্পাং |
| ২১ | ১২ | নিন্দুমমিদম্না | নিন্দুমনিন্দম্না |
| ২২ | ১৯ | লাইয় ইফাবী | লাইয়ই ফাবী |
| ২৩ | ১৩ | খোইমোকপান্ | খোইবোকপান |
| ২৪ | ১ | কাবা | ফাবা |
| ২৪ | ১৬ | লংমাই লৈ | লংমাই লৌ |
| ২৪ | ১৭ | চাকলৌলা | চামলৌলা |
| ২৮ | ৯ | লাইরে | লাইরেন্ |
| ২৯ | ১৫ | কাপয়োন কএ | কাপয়োন্ লকএ |
| ৩০ | ১৮ | লিরেং | য়িরেং |
| ৩০ | ১৯ | য়িরি | লিরি |
| ৩২ | ১ | সোইনাইদবা | সোইনাদবা |
| ৩৩ | ২২ | তিল্লারেনম | তিল্লারেম্লে |
| ৩৩ | ১৫ | থুমক্রাইরবম্বু | থুমক্রাইবরম্বু |
| ৩৫ | ২০ | তাবুল লাং | তাবুল্ লং |
| ৩৬ | ১৩ | নোংবু খোন্বী | নোংবু খোম্বা |
| ৩৯ | ১৩ | উতোন লোমা | উতোন লোম্ |
| ৪১ | ১৩ | নাবোন | নারোন্ |
| ৪৪ | ২৪ | শেংনবগে | শেংনরগে |

# মাইবগী লাই হরাওবা লাইশোল

## ইকু লাইশোন

হা-য়ে-কোরৌ মচি ই। ব্রাংবন মনাও ই। কাশানা লাইনং ই। খাকপা পুরৈরোম্বা পুরাংনাগবা খোকমারোক্কী ওনদেবা খোকমরোক্কী ওন্না হলরাইবা থোংনাং ননি রোংবা ফেংগাই লৈতুম নুংতুম ই। নুংমু নুংঙৌ ই। অরাং কৌক্রু অশুপ্পা য়ারক্তগী শিন্থা ই। অরাম্বম ইদি রাই চং ই। কোরৌ অশাংবম ইদি রাই কেম ই। নোংথৌ শোরারেন অরিবা মরিকপি মরিকপা শনগোনবি শনগোনবা ইবেন পিথ্রাই খোংদ্রাইবি অশেন অশা হৈবি নংনা শেম্বীওঃ শাবিওঃ হা, য়েং হা,-উং ॥০॥

## য়ুমতাই নাকাশেং

মাংশোক মাংদংমাদা ফমমেন মাদং মাদা য়াতংদা কোনদংদা তাকতু ইদাইমা শেংথোং নারিনমা। পরৈ হাওঙা মাগী থুনাম্বা নাঙৈবা নফমসো নফমশেং নখোংগান নারানলি। চাশোংফন নাওশোংফম মাংগোল্লাং নন্নুংলাং নাশুমাং নশেন মাংগী কাওমা শুমা রোংববু থারৈ লেমলৈ মাদা তারশনো হা উং, হা য়েং ॥০॥

## হৈশাই ইপান

চিংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা চিংঙু অনিমক্কী নকুম কুম্বীগী কুমগাওদা নথা থাশিংগী থাগাওদনা থমলা লাইরা পান্না চামু চাঙৌপান তোংলেং লৈশং পানগী

লাইবুংথৌ ৯মক। লাইনুরা ৭মক। শারোই (৬১) হুমপু মাথোইমা নখোই পুন্নামক্কী হাওমন য়েং ওই কোনফাবা ঙাইরোং শিংমিং নমফাবা কাশানা খুনঙমশিং হাইনিং শাংনা শোমোন য়াম্মে। শিংতুং নুবিনা পিথংখি পিথংশিং ঙামা নুবিনা পিথংখি পিথংশিং থর্মাদিং নুবিনা পিথংখি পিথংশিং হুয়েন লমশিং নাইববু ফানা শিংনা হৈশোই ইপান থারবনে। হে কুরু ॥০॥

## অনম অথৌ নাহৈরোন

উং-হৈ,-উং হৈ,-উং-হৈ গে। য়োইগা মেনগা য়াইগা থৌরি থৌচিন লাংবু। থৌরি থবা পোংথৌ তম্মী থবা মাবু লানংদে। নুমিং পোংথৌ তমমি নুমিং মাবু লানংদে। য়ারা কুংখাংশাগী পোংথৌ মথংপিজগে কুমজা পাল্লো থোগে। নোংজা পাল্লো থোগে। ঙান্নরে তেনরে। লাহাননোং মোংবা তুদেংনোং খোংদেং নোং তুদেং খোংদেং নোংগীবু। থৌরি থৌজল লাংবু। থৌরি থৌয়ালাংবু থৌরি থবাপোংথৌতমই। থবা মাবু লান্নংদে। নুমিং পোংথৌতম্মি। নুমিং মাবু লান্নংদে। য়ারা কোংখাং শাগিবু। পোংথো মথংপিজগে। কুমজা পাল্লো থোগে। নোংজা পাল্লো থোগে ঙান্নরে তেনরে। লাহাননোং তেকপী মাওকচা কাওরেন মশনচা কাইরৈ ময়েনচা পোংখুগাই শাগাইবনা ফিজি ফিনা তোন্না হুমলম নমলম্ববু। থৌরি থৌচন লাংবু। থৌরি থৌয়া লাংবু। থৌরিথবা পোংথৌ তম্মী থবা মাবু লান্নংদে নুমিং পোংথৌ তম্মী নুমিং মাবুলান্নংদে য়ারা কোংখাং শাগি পোংথৌ

মথং পিজগে। কুমজা পাল্লো থৌগে নোংজা পাল্লো থৌগে। ঙাম্নারে তেনরে।

## পুরৈরোম্বা নাহৈরোল

হা,-উং-হা,-য়েং থৌবিতেং লোইবিতেং চকলৈ ঙান্দং লৈঙান উঙানঙৈ ৱাঙানঙৈ শিনশুঙৈ শানশুঙৈ। চরোইনা খোংদমঙৈ। য়াম্বীনা খেকতমঙৈ। হুইথৌনা চিফেংঙৈ। কৈরেম্না য়াথোকঙৈ লংমাইনা মৈহনঙৈ। লংমাই হিচিন হিয়া থৌনা থিনগাই লাও-গাইঙৈ। পুরৈরেম্বা অঙক অঙাওহৌ। শিগুপ শিগাই হৌরববু মমাইর্বা তম্পাক লৈহৌ মাইবি। মমাইবা তমপাক লৈহৌ মাইবনা। তাইরেন লোংমা লৌ লাইজাথিকফেল চাইরবদা পুরৈরোম্বা মরোন থোক মরিথোক খুনথন্না লানথন্না খাইরৌ লাইরৌ কেন্না চুপচি লাইজি কেননারে পান্নরে শেংনরে তিল-লৈরগনো লাইরৈরগনো হা-উং হা-য়েং ॥০॥

## হেবুরোন

হেবুবা খুমাবা লৈমাবা অতোংবা অরেংবা ঙান্দুতু কুপথন থন ৱাওহুতু শরৈনেম কুমজাগা ওইরিবা থাজাগা ওইরিবা মৈবি শলাংগা থৱান নোংলৈগা উরিং চারগা ওইরিবা ঙাংঙোইবা য়োইমোংবা য়োইচমলেন তমহৈবা তম্পাক লেংগোই লাংগোই শেম্ব শরোং পুংমাই তোংবা লৈকাই খোমদিল লাংদিলগা পথুপ পমাংগা পরৈ থাথোংগা তাওথংবা মোংবা য়ুমলাই কৈরাই শাগা তমহৈবা নংবু তাইবনে। কুমম্না কুমলিক লাইনা অৱাং

কৌক্রু চিংথং লান্দা কুমমৈদে কুম্বি পোকপিনা কুম্বিহল তরংনা তরংহল কেগে য়াংখুজম নিংঙোলবিনা লাংলেন কোংয়াংফৈনা লামনা নেমবি মকাশা খোইনাইজম নিংঙোলবিনা খোইমা ন'রোল মুংদা লাংলেন তোন্না ফাকনা কাওরেন শন খোংহন্দা মিংয়েং-বিনা মিয়েং হৌব কুম খোইনৌ মতা ঙাইরোইনা পাওনোক্লবকুম খাম্বি লৈমা কোনুচা হাওকু লৈমা তোনবীন চাদনা তলবুমহৌ থক্কনা য়ুচাওকা চাদা কুম্মৈ হৌবা কুমদা চেক্লা তোন্দৌ য়ুমমোইবা য়ুবা মৈরোম্বনা লৈতাং শেংনা তা পামেল উহৈ চানা ঙাওনবা কুমদা হুপলেন্না পুমথাংলোন থারামনা নুংগাংশা হৈকক্লা নারেংথাং থাংজিংনা কেপাক হৌবাকুম্ব কুমম্নাকুমনিক লাইনা কুম্বী মম্বং ওইবা কুম্ব কুমনোংদমলিয়ে। শিনোং মৈনে পাইনোং মৈনে করি হেন্নো করা হেন্নো হাওকুও কশাও রাল্লো কশা খোংঙো রাল্লো কাশা খোংমা য়োল্লো লাইমা য়োলো কশা তিল্লিয়ো খোমলিয়ো শেমলিয়ো শারিও কাশা মাংদা চংপা য়ারা লাইবু তান্ন'ফেল্লো য়ারা কোংখাংলাই থিকথৌ থাদোলাই অরো অচং-লাই লোকলাং তিল্লাং লাইবু কাশাখোংনা তান্না ফেল্লো কাশা খোংদা ইনবীকাশা লকতেক মবি থুমতেকমবি করুক মবা কহাই মবি শমশাং মাইঙৌমাবি থিকলাং থারাং মবি শুককু শোই-গুমাবি লনগু থুমগুমবি ফৌগু চেংগুমাবি কাশা নংদি ললগুরীও লোকলেনবীও কোল্লো পোকলেন্না কশা নাপাও চাওবীগনু থিং-লৌনপি তোনগনু য়াইবি নমুংনোংহৌগনু ইপুও খোংনাংনিংথৌ খোংনাং হিমালৈচিং লিন য়াংতেকচিং মেন্দে নিংথৌ শোরাবা

কৈরৌথা মেন্দাং মুংগাইচিং নিংনা কৈশিচিং লৈমা শমদোং পোকপু তাইনা খনবও। হাওনু লাঙৌবী খাংদম লৌ চাওবীবু তাইনা খনবও। নফৌ নঙা পান নহৈ নরোং পানবু তাইনা শেম্বিরকও। ইপুও হনগোই নিংথৌ কাম্বা শলাম্বা, শল্লাম মঙাম নমুতিংনা পোংনুচা লৈমচা। নিংথৌ শম্বুম মহারাবাও নমু পোংদি থা ১০ শগোল থা ১০ সমু থা ১০ শমোক থা ১০ ইরোই থা ১০ শন্দং ১০ হামেং থা ৫ ওক থা ৫ য়েন থা ২ ঙানু থা ২ খুনু মুমিং ১৫ নি মিরম পোংলম শল্লম ওকলম মাবু তাইনা শেম্বাও নপুন্নো লৌ-থোংজাও থোংজাও লাইরুক লেনবাও লাইতোংখু কুনারম লাইব্রাং-লেন তানরম খুরোই হাওবা লুম্মাংদোংবু তাইনা খনবও নশোই পানবু নফৌ নঙা পানবু তাইনা শেম্বিরমও। ইপুও কৌবরোনও কৌবা লৈমচা কৌনু লাইমচা কাকয়েল ফমফমনা শংলৌনা কাম্বা তেকপিচিংনে তেকপি খুবুংচিংনে। খবুং তাংলৈচিং। মনাই তাবা ইয়া পানজলচিং শেকব্রা তাংদল পুংবু তাইনা খনবাও। নফৌ নঙা পানবু তাইনা শেম্বিরমউ। ইপুও সন্থোং নিংথৌ উফুপ লেন্নে উরুম লেননে চেংজা ঙাইরোং তোনবু তাইনা খনবাও নফৌ নঙা পানবু তাইনা শেম্বিরমউ। ইপুও থাংজিং নিংথৌও। থাংজিং কোইরেন নিংথৌ চাওবা কোইরেন নিংথৌ শাংবা কোই-রেন নিংথৌ কোঙ্গৈরেন অহুম লোইবা ব্রাতেমও পোংপিনে পোং-থাংনে শিংজংনে ব্রাথাইনে নিংথৌ মঙাম্বানা পামরু চেগাই ওই-নমচিং ম্না পুনথোংচিংবা লৈমায়াই থম্বাল নোংশালৌ চিংয়াই শান্দেংলৌ কেগে শিংজা ফাইবু তাইনা খনবা থাংঙা তোনবা

নিংথৌ মোইরাং লাইতোং লৈমা থাংনৌবী থাংনৌপুংবু কেগে ছিংশা পুংদা তাইরবনে ॥

## লম্মিং লোন

(খুনথোক লোন)

খুমুংনা লৈমুংনা থামুনা ঙামুনা নাহানা মুপিনা য়াওরাঙৈ ফুথোংঙৈ রানথোংঙৈ। ফৌশুঙৈ। ফৌশুথোক ফৌরা থোকঙৈ। পুল্লাং লুরোই থোং। লাইজা য়িপান রাই। য়িমু ময়োন শং। লৈরাই হুইশোন কা মচেম মনিং তাও মোইথাক মোইরেং মতাও ঙৈ। হৈকোই মশিংশু লাইয়েক ফিফম ফাঙৈগি শরোই লাল্লোই মতিনঙৈগি তিল্লৈরগনো লাইরৈরগনো ।।০।। পোইরৈনা কংলৈনা উরা লাইজিকনা খোইনাই রোমপুকনা চেংলৈয়াং থাওতৈশু। হাওচেং য়াংনম পুশু। চেংলৈ উমুংতা হেমচেং থাপৈপুঙ লাংজা লৌপুফৈ। খোম্মীতোক উঙামপৈ। চারাইপি হাওদলরাই। রাইরি রাইতোন। থাংঙা য়ুচেং কৈথু কৈরেনলিংপি রাইজা লিক লিরাথা। তাংখম লিরাপোক সোইপি শোইয়াম মতাঙৈ। শরোই লাল্লোই মতিনঙৈগি পান্নরে শেংনরে তিল্লৈরগনু লাইবৈরগনো ।।০।।

হিশোইনা লাল্লোইনা উমতুঙৈ রাওতুঙৈ মিনাই ঙৈ নাই নাইঙৈ। সোইকাই খমকাইঙৈ। ঙারা ঙাসিং য়াংঙৈ। শোল্লম পাইরম মচংঙৈ ইরক লমলক মকেঙৈ শরোই লাল্লোই মতিনঙৈগি ॥

লৈচেম হাওতম্পান চানেম য়ুনেমপান থোংগ্রাই মেনদং লাকপা লেংনা কোংবা চিংনাংখু চিংঙারেন শাজিক লোনমন থুঙ্গী লৈহৌ ৱাখা লৈতেং চিংগোই নারন থোং থোংকারন থৌপান য়িথোংকাই কারোং ঙাইথোং মাতাঙৈ চিনলেন মাইকোইরেন লারাক খাংতৈ-থোম ৱাইরং খোইনিংমেন কানক খাংতোম লাকঙৈদা শরোই লাল্লোই মতিনঙৈগি পান্নরে শেংনরে তিললৈরগনু লাইরৈরগনো। ।।০।। খুবাই অঙোবা য়িমখু য়ুমলেনবা চকপা লম্বু কোনখাং লাইজোবা য়াওবৌ কংদাথেন নারৈঙাম মায়াইরম। শনকংলম স্মুংথোং নুংনাওবী ফুরোই চিংঙা রংয়ান থোংক্রাম্বী মাক্তুং উরান কৈরাও পোইবৌ হমলৌ। শিকোং লেংখু লেংলেন তাঙৈদা চিনলেন মাইকোইরেন লারাক খাংতৈথোম ৱাইরং খোইনিংমেন কানক খাং তোম লাকঙৈদা শারোই লাল্লোই মতিনঙৈগি পান্নরে শেংনবে তিল্লৈরগনো লাইরৈবগনো ।।০।। ৱাংখৈ অপোকপা ফৌরায়াং লাই-কোকস্নু লৌরেম্বম তোংনেম্বমনা পোকপা পানম য়াংকোকপা শাজেন-লম কোংবা হিকহিপান খাখোং লাইখোং পারা শিংথি তাকনা লিনচিক মুংলৌ ঙাংলৌ। চিংখম চাওপোক কোইচিং কোইমাহৌ কাতোং কারাংচিং তোকপা য়েনফৈচিং হিতাম চিংখুন্নু হাইহৈরেম। সেংকোংপাৎ খুঞ্জান ঙান্নু হাইচেকপা ৱায়া তাঙৈদা চিনলেন মাইকোইরেন লাবাক খাং-দৈথোম ৱাইরং খোইনিং মেন শারোই লাল্লোই মতিনঙৈগি পান্নরে শেংলরে। তিল্লৈরগনো লাইরৈরগনো ।।০।। খাংশু অতাম্বা লানা শিংনবা নারম ফাই-রোংপা চিংখোং শুম্বা কেক্রুপাৎ কাশানা শনকংলম মৈদিংঙু উরা

কোম্হৌবা লুরোইচিং চিংমৈরোং য়াঙমথেন আশৈ ব্রাংপী চিরিক চিংপন হংকেন পৌসিং ইরেং য়িখম শিংমৈ উমৈ মাথামঙৈ। শারোই লাল্লোই মতিনঙৈ পান্নরে শেংনরে তিললৈরগনো। লাইরৈরগনো। উমু খুপুংগোই থেংগাইনা খুমনচা, মাইবা শুম্বা লমপান খোই বোকপাৎ লৈমেন জাকোইপাৎ। খোইচু লৌমোন পাৎ পীতিংকোই লালবিচা তল্লা উয়োককোন নিংথৌ শোক পাইবা উরিংকোন। শিংথা লৈথোম কক্লৌ তাওথোং লোইজিং লোইয়া তাঙৈদা শারোই লাল্লোই নতিনঙৈগি পান্নরে শেংনরে তিল্লৈরগনো লাইরৈরগনো ॥০॥ লেমলৈ খুমিৎ য়িপা খুদাং য়াইখুবা য়াংলৌ নাহামাং উরিপোক খোংশাংয়ান তাকয়েন নুং-থিন য়ুচিং লাংচিং পেরেশারে। লাকচমফিফৌ নাওরা খোইমোম য়াংলৌ তৈতু। চুপানমাথা শাজিরৌ উৎলৌ কাংঙাপুং চিংবা ফুবা খাবি নমবোন তাঙৈদা পান্নরে শেংনরে। তিন লৈরগনো লাইরৈরগনো ॥০॥ খ্বাইথোং মরিন, লাইতোন, হেমশা নম্পুন ব্রাইনৈ চিংঙা পিশুম হৈপোক নান্নিন তৌরিংবা লনয়াই শারেন য়াংকোই লোকতাক হাওতাক তাকমা শেম্থাং কারাং খুমা মাই-তেক্। চকপি লৈথোম তাঙৈদা শারোইলাল্লোই মতিন ঙৈকী পান্নরে শেংনরে। তিল্লৈরগনো লাইরৈরগনো। হা-উং হা য়েং ॥০॥ য়াইস্কুল থোংলেন য়াইচম্বা মুতুব্রা হৈরাংখোই হৈসানাম নাম-জৌবা। ককব্রা তিনপান লিল্লোং থরোং। তাপুংবা চেকাইকৈ কৈমাই শাং শারোমপন। ঙাহৈ ফি ফৌ লৌখু, অচনবা নোংয়াই লৈকোইপুং। উচিব্রা খোইদোম পান ককলেন শোই

ফৌকাকচাও পুমলেন হাপশা ইথাই পুনেমচিং সুকুনু ইৱাইতাগি থারৈ লেমলৈ মাতাঙৈ। শারোই লাল্লোই মতিনঙৈগী পানরে শেংনরে। তিল্লৈরগনো লাইরৈরগনো ॥০॥

## অপোকলোন

কংলৈবু লম্মাহলও। লমনেমপু ২ থোকও। তুনেমপু ৩ থোকউ। লৈমুরোনপু ৬ থোকও। লৈহাও রোনপূ ৫ থোকও। লৈ-খাবি লৈরামপি অপোকচনু থোংঙাই য়াংঙাইবি তম্পাক পোকপি। তম্পাক লৈশুম রোন য়ামপি তম্পাক্কা পোকপিকা তিংথৌকা হুপলা হারাগা কোন্দে শেমবাকা জানা ইমিকা তোংলেং লৈশংকা শিংক্রেং লাংঙাজৈগা য়াংলা থৌবোমগা শাহু য়েংদৌগা তৌমু তৌহাও চারোং ফাইবংগা তেংনা নুমোইগা পোকলিবি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে ॥০॥ য়েনকোংয়েন চুপয়েন চাময়েন চেংকুপ পানতোং উচিনা ৱানশাপা য়েংথুরৈ তেক তেকপান শংলৌ ৱাংকন অকনবা য়েন থারাম নাপাকপাকা পোকলিবি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে। হৈকক থাংজিং থরো লেনফু খোঙহুম মাইরেন কৌথা ককলা ঙাচক কোমোনগা পোকলিবী নংবু নেম-শিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে॥ ০॥ হুইচিন হুইয়া মেললি শেরাং লৈশোক থোনকম হাওরৈ ফোলাং কোনপি কোয়াং পাংকোং নাওতু। চিংহাও লৈশং কোকলেন লুশি ঔরি ঔৱাকা পোকলিবি

নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে ।।০।। উপি উরেন তনমু তলহাও হিয়াং হিরেন উথোক থাংথোং ফৈচা ফৈঙৌ। মিশি থাংয়ান। শৈই কুহি উপন লেংতা-উনিংথৌ টৈমারেং উয়িন খালগা পোকলিপি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে ।।০।। লিথিক লি-রেন হুমপোক শাগন য়াইরি থায়ুং লিরেন য়াইথমপোং ইরোক ২ পাফললি চিংশাং ২ লামথরি পনশা থোংশারি পল্লোই থোং লোইরিগা পোকলিবি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে ।।০।। শম্হোং হৈ মারি হৈমা য়াই হৈয়িং হৈচাং চিংহৈ লেনহৈ হৈশুক হৈসোই য়ামপি খাকোই হৈ থুম্মা হৈ। লিনচামহৈ হৈপা হৈপোং পেরেন হৈ কাংগ্রৌ হৈয়িং হৈবুংগা পোকলিবি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে ।।০।। রামং উমং লিরা লোংরা লাইরা উতং উয়েং উই উনান নাচৈ নারিনগা পোকলিবি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে। চংবিলামুং লায়াইলা য়ুতাও থাংপাকলা কাইরং থুময়োমলা মোইথাপ মোইরেংলাকা পোকলিবি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে মতাই মনেম থোক্কে ।।০।। তরা তোংনুথি লিকশি খারোথি য়াইশেন য়াইফৌ চাজাক চাহৌ পুমান লাংমান পি জেংমি ফৌগাক মোরাসি মাকতং। ফৌরৈমা ফৌনিংথৌ ইরোইয়া কৈতেকপিগা পোকলিবি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে ।।০।। চিংফৌ তমফৌ চয়িন মুকলাং চানান চংলৈ

হান্নাই ভৌজা থোইদিং কাপাক কোকনোং খোমনোং পানফুক পান কোই শিংখা শিংথুম শৌগ্রি ময়াংবা তিলহৌ চানম থাং-পাক মেমান লিনাই খোইনাইগা পোকলিবি নংবু নেমশিক্কে মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে ।।০।। ভারা ভাশিং খৌরেন খৌরাং য়াংকন শুজা শারেং মৈহন ভারেন কোকপাক। পেংপা মুকলাং ভারোই শেন ভাথি ভারা তেনলোং শমফা ভরিন তোং-জেং ভাখা ভামহাই নোংজেং ভাতুপ নোংলোই কুমচেং কোক-ফাই। থারোই খৌচাওগা পোকলিবি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে ।।০।। মিচং মিখোম লুইমোম য়েনমোম শাগোন সমু শামুক ইরোইগা পোকলিবি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে ।।০।। য়িমশা লমশা তোকপা কামপা শায়ু লৈরাং মুংওক পাইপং খুপিং খূপাই য়োংমু য়োংশেন খৈরোই উপেংগা পোকলিপি নংপু নেম-শিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে ।।০।। শেকপি শেমপাং ক্বাক চরোইতু চারোই য়ামবি উপোং খারাগা পোকলিবি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে ।।০ ।। লৈরুম নোংলুম তিনফা কাকফৈ ককচেং খোই-য়াগা পোকলিপি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মতাই মনেম থোক্কে ।।০।। লিন শুক লিনদেং চিংলাই তম্নলাই খাওরৌ তাংলৈ তিনপুন নাপুন হংকোক নারিনগা পোক-লিবি নংবু নেমশিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোক্কে।

## অতাই লাইসোল

নোংথোরেনবু তাইগে শোরারেনবু তাইগে পাখংববু তাইগে পুরাং নাগববু তাইগে মরিকপি মরিক্কপা শনগোনবি শনগোনবা ইবেন পিথ্রাই খোং দ্রাইবি অশেম অশা হৈবি নংবু তাইগে। ব্রাত্রে শিল-হৈবি উত্রে শিলহৈবা নংবু তাইগে। ব্রানহৈবি ব্রানহৈবা নংবু তাইগে। লৈমা য়োয়রেনবা নিংথৌ চরানবা নংবু তাইগে। ওইথাংও য়েংথাংও লিরি লিফাংবি নংবু তাইগে। নদাইরেম নখুল খুল-পুকলেন অচংবগি ব্রারেম লানলেম খুনচিন লানচিন মিচিন মি-পাউ ফত্তা হাউদি ব্রানা ঙোদোং অরোং অচং অরুম অখং ফুগ্রি ফুরাং ওকচিং শৌচিন লাংদি নোংলেম খানা পাংবরমদা হোই-থবিরম্মো। খানা চাউবা ব্রাংব্রেনগী কংলৈ। মশুমাংদা পান্বা কৈরেন অঙোবী মপি মচানা মথিক মথা ফানা ব্রাইথুং লুরশুনো। তিনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা পুন্নমকপু মানা চানখিশনো। পান্বা কোলোই মমিং থোন্দি (কৈথোরেন, চমারিকপা) কৌই। মপি মচানা চানখিশনো। অতুদগী অরেম্বনা খোংনাং মোংবি চিংমা ভুত্তা হোইথাবিরমউ। অফবা নুংঙাইবা কপয়াংবা তাংয়াংবা লৈপাক মরা তপ্পা নিংথৌ পুন্সিবা চাকহোং ঙাহোংবদি হাউরে অরাং পাংনা হোইগংপিরকউ। নদাইরেম নখুল খুলবুকলেন অচংবদি কুরাউ ফান্না রাংপ নমু পোংনা হেনবা পুন্সি চরৈ নুং-শাংবা মপারি স্ক্রাবা মমোম শোইদববু নোমনু য়ুম্বুম হাংদনা তরেং লনখাইবিয়ু চিংঙুবা য়ারা পুন্সি লনখাইবিরমউ। নদাই রেমশিং পুন্নমকপু চিংঙু খোইগ্নু লাইয়িংথৌ অরাং কৌব্রু অস্পুম্বগী

কংলৈ মন্থমাংদা য়াংগোই সামু অঙৌবি মপিনা মচা লৈতংলেন অহনববু) শিংনা নাননা কোনবগুম নদাইরেম নখুল খুনবুকলেন অচংবা অসিবু, থরাই নোংবুম অচংববু অয়ুক ঙন্না কোন খাবিয়ু। নুমিদাং ঙন্না কোন্সিনবিয়ু। চিংঙু ঙাংলৌখাদা পুনেমজরিয়ে।।

## ক্রোম্বারোল

১। কংলৈঃ--ইম্ফাল মখৈবু কংলৈ কৌই। হৌ লো কংলৈবু লম্মা হল্লো হায়গনি।

২। থাংরাইঃ—মথক্তা হায়খ্রিবা লম অসিগী অরাংমখৈবু থাংরাই কৌই। হৌলো থাংরাইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৩। রাইরংঃ—রাংখৈ রাকমপন্থোংদগী মমাং মখৈ রাইরং কৌই। হৌলো রাইরংবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৪। শেল্লোইঃ—নোংমাইচীং রাংমা মখৈ শেল্লোই কৌই। হৌ লো শেল্লোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৫। লাংলোইঃ—নিংঙোম্নম হিয়াংথংদগী হৈয়েল কৈরক রাবগাই অসি মখৈবু লাংলোই কৌই। হৌলো লাংলোইবু লম্ম হল্লো হায়গনি।

৬। লনলোইঃ—চঙাংগৈদগী নম্বোল, লৈত্রাম, মোইদাংপোক, পাংশোই, তাউবুংখোক, লমশাং অসিমখৈবু লনলোই কৌই। হৌলো লনলোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৭। **খুরোইঃ**—ওইনামদগী, লোকপচীং, লম্মাংদোং ফাওবা লম মখৈনা খুরোই কৌই। হৌলো খুরোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৮। **ঙাংঙোইঃ**—নিংথৌখোংদগী মোইরাং ফাওববু ঙাংঙোই কৌই। হৌলো ঙাংঙোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৯। **কেগেঃ**—মথক্ত হায়রিবা লম অসিগী তুরেল রাংমামখৈদি কেগে হায়গনি। হৌলো কেগেবু লম্মহল্লো হায়গনি।

১০। **লাল্লোইঃ**—লিলোংদগী থৌবাল ফাওবনা লাল্লোই কৌই। হৌলো লাল্লোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

১১। **থারৈঃ**—অরোং, ফৌগাকচাউদগী শুগনু ফাওবা থারৈ কৌই। হৌলো থারৈবু লম্মহল্লো হায়গনি।

১২। **লেমলৈঃ**—শুগ্নু মথামখৈ লেমলৈ হায়গনি হৌ লো লেমলৈবু লম্মহল্লো হায়গনি।

১৩। **লোইবুঃ**—লমদেং কমেং লোইদাং খুরুখুল চিরাং কৌব্রুক কদাংবন পনথা লম্বাল ময়াংলাংজিং ঙারিয়াম্বম অখাম অরাং শেকমাই কংলা অতোংবী অসি হৌ লো লোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

## ঈশিংদা কোনয়াই হুনবা

হৌলো ইমাদোম্বু ইমাহল্লো, ইমুরোল তরুকমক, ইঙৌরোল মঙামক, ইখাবি ইরাম্বী ইপোকচন্নু, খংঙোই য়াংঙোইবি, তম্পাক

ইস্থুক ইসোই য়াম্বী, নদাইরেম নখুল খুলবুকলেন অচংবনা চিঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ (মমিং) য়েইবু খোইমোম লাইরেম্বীগী, হরাউ শকশেম তমজগে থৌথোক কুম্মে শান্নজগে হায়বগী, লাইজ ঈরোনন্নুংদা কোরৌ নোং লুপা অঙৌবনা লুপা কোনগচন, মলেম লৈস্না অঙাংবনা স্না য়াইগাচন, লাইজা ইরোনন্নুংদগী চিংঙু নক্কা ফবিরো। মালেম লৈখারোল তরেৎমক্তগীস্থু, কোরৌ নোং- থৌরোল মাপলমক্তগীস্থু, স্না সঙ্গাই নুংঙাইবদা কারসে হৌ ই ফৌ॥

**থংবিগদবা**—খুবাক্ত স্না লুপা ২ অদু হাপলগা ঈশিংদা থাদগনি। মসিনা ঈশিং কোম্থারোন কৌই।

## লৈকংদা কোনয়াই হুনবা

কংলৈ (ইম্ফাল) দা থানবন কোম্থারোলগী অস্থুবা লাইরোলনি।

২। হৌলো কংলৈবু লম্মহল্লো, লমনেম্বু অনি থোকউ তুনেম্বু অহুম থোকউ, লৈমুরোল তরুকমক লৈহাউরোল লোল মঙামক লৈখাবী লৈরাম্বী অপোক চন্নু খংঙোই য়াংঙোইবী, তমপাক লৈস্থুক লৈশোই য়াম্বীও ঐবু সিজবা ইবুংঙো নোংথৌরেল অথৌবদি মপাথোই, মপুথোই কবোলাক, ময়াংলাক, মিরাইরেন তোংরাইহৈ মপুন্সি মনোংসাংনা পানজগে হায়বগী নদাইরেম নখুল খুলবুক- লেন অচংবনা চিংঙু স্না নখোং খাদা কোরৌ নোং লুপা অঙৌবনা লুপা কোনগাচল, মালেম লৈস্না অঙাংবনা স্না য়াইগা চঞ্জরিয়ে হৌ ই ফৌ॥

অস্থুম্না মাইবনা কোনয়াই হুনগনি।

## খয়োম লাকপা

হে কুরু ঈরাই লৈমনা য়াইদা লৈ, ইখৈ নিংথৌনা খাদা লৈ, ইতোন নিংথৌনা থক্তা লৈ, ইরেপপুংদা লেপ্লিয়ু, ইতা পুংদা তাবিয়ু য়ারা কুরুসিদবা সনা নফম লাংদা তরা চয়োম খায়োম কংচরিয়ে, নদাইরেম নখুল থুলবুকলেন অচংবনা চিংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ, য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্বী (মমিং) গী হরাউ শকশেম তম থৌথোক কুম্মে শান্নজগে, চিংঙু নক্কা ফাবিয়ো হায়বগী তরা চয়োম কংচরিয়ে হে কুরু।

অসুম্না খয়োম অনি অহু লাইয়িংথৌগী খয়োম্না খুংয়েংনা, লাইরেম্বীগী খয়োম্না খুংওইনা পায়রগা লাইরোন শোন্দুনা ঈশিংদা খয়োম লাক্কনি মসিবু লৈথক লৈখা খয়োম হায়না কৌই।

## উমং ৯ মক্কী মিংলেন

১। নাচি লাইয়িং থৌ-হনবা ২। নাচি খানিংথৌবোম হনবা ৩। চিংপন য়োইনাউহন ৪। খোয়য়ুম লাইয়িংথৌ খমলাংবা ৫। হোংনেম লুরাংনিংথৌ পুনসিবা ৬। খোইয়ুম লায়য়িংথৌ চাখাবা ৭। হে-পিথোংলেনয়াই ৮। খোয়য়ুম লাইয়িংথৌ মুরা নিংথৌ অতোনবা ৯। খোময়ুম লাইয়িংথৌ থাংরাই মার নিংথৌ। খোয়য়ুম লাইয়িংথৌ কৌবরেন অহনবা।

উমংলোন ৯ মক্কী মিংলেন ৯ অসিনসু থৌনিরোন্দ খুরুমজবা থোইদোক্লা কাইবা লৈতে।

## উমং লোল মাপল

১। নচিকপু তাইচিককে, লাইয়িংথৌহনবা সনা হিহোনবা কমবোং খারম পাৎপু রাতেম্বা থাংঙা লাইরেম পাৎপু রাহম্বা ইরোক অম্নুপপাবু থোনফৎপা চিংসা নাপোম অরাংববু মনাক নেৎনা ফোই-থবা সাবন কংলৈথক্তা হি হোনববু খুমু নৌসাদা তৌরাং তেকসোংদা য়েনপোৎ লিখাওদা লিলহা ইচে নাইদাবা লাইজা ইপাক থক্তা লমজেনবাবু খুয়াইচোত্তা খুদোন নাইদবা সেনবি লৈহেন্নববু ইঙেন নোংফাইদাবা কায়রৈ য়েনমৈ সিংপাবু য়েনহৌদা, তেকপি ওকলিক চংবাবু ওকখংদবা, কাউরেল সললক চংববু সলহৌদাবা মারুমবি খোইমোম লাইরেম্মা পেংন্নু তমন্নু উসোং লৈমা লমলাং নিংথৌ চনু লিরি থারাম্বাগুমবি লোকয়াই তাম্বা তোংগুমবি চাংখরং অরনবদা ইসোকপাবু ইরিত্তবিবু লুমনবা মপারি অমুদোন লৈরাবা লাই পাখং মঙাইরোইবু য়াহৌবা লাইরুরা অকেৎলোইবু থৌনেকপা সেল্লোই লৌথোংখোং থোংখোং চিংলাংমৈদা নুংবি মনাহুৎনা থৌনাবা খোইমোম লাইনুংখিনবু তমহনবাবু পারিনবা মমাইবা থিংনোং চাউরোং স্নুজা মমা লৈরোং স্নুজা মংজুমবানা মংফাউথাবাদি খোইমোম ঐবু মানবি য়াংতকপা কাউরেন চিগোনবানা তাইররো কোনজননা য়োৎচননা সংগৈ চননা তেনবি চননা থাংদরৈনা তাদারৈনা ঐবুবা তাইররো, কমবোং খারমপাং রামা থাদাবাবু রামা থাবিগে, থাংঙা লাইরেম পাৎ উমা লিংদাববু উমা লিংবিগে সাবন উইরাই হৌদাবাবু উইরাই হৌবিগে পোইরৌ হিমা লামা থাদাবাবু হিমা লামা থাবিগে

হায়না মং ফাউবা মৈদিংঙু লোইনাই থৱান থাবাগা হুয়েন লানলোইনবা পোইরৌ হি থাবা লমলাং লমলোকপা হুয়েন লান-নিকিদি নোয়াই হাউদারাইবা হাউতা কোইবা অরোল লিকনবা য়াইথিং কাউরোংস্থ নিংঙোন কোল্লুস্থবু কাইনা হুনবা মৈদিংঙু সেনবি খাগেম্বাগা হুয়েন লাললোইনবা কুবো কিয়াংঙম্বা চাওবা স্থমজাই ফাবা মরোই লোইনরিবদি থোংনাং কারন চা অচংবা ফৈমরিং তানৱাকপা লময়াই সিংগন পোংস্থ মীকন থৌনাবাবু লোইনারিবা চিংখোং পোইরৈ তোননা অকন অয়াং কনদরিঙৈ হাননা অকন অয়াং খিলহনবা নংবু তাইগে, হাই মনেম মতাই থোককে।

২। নচি খানিংথৌ মোংবাহনবা লাললোই থনবা মরুমবি খোইমোম লাইরেম্বা হাউন্নুখু হাউন্নুহন। লাইতোংখু লাইতোংহন্না য়েনয়োম খোমহানগা সিংপাক মাইতৈগা চাহুম চঙানগা হোংনেম চাউনেংকা মেরা মেনদোংগা সাংচুং লাল লংগা লাংহৈবী কাকলেন মিঙম্ববু কাইনা হনবিবু লুমনবা মমাইবা অপকমানা মংফাউথাবদি মানবি চকলৈ কাউ কাউরেন লেংবাসন মচন সেবা কোংতিংন্নু কমন মুকমু হাইমৈচোন মানবি অমুবা কাউরেন চিনগোইনবা তেকপ্রি সমলেম পানদগী মরেম কবুম মিংনাইবা ফানা ওক কায়রৈ পুংথি য়েনথি য়েননা ঐবুবা তাইররো, হাউনা মংফাউদবা মৈদিংঙু লোইনাই থৱান থাবাগা, হুয়েন লাল লোইনবা নোংয়াই অরুবা খুমন তারম্ববু ৱাংদৈ য়াংবা থোংঙাইস্থবু কাইনা হুনবা মরোই লোইফৈরিবদি খুনবি কাপতা ফৈজা কাপতরেংচা লাইজা ঈপুকথাই ইমু তোংগা চিংনা থৌনাবাবু লোইনরিবা নংবু তাইগে হাই মনেম মতাই থোককে মতাই মনেম থোক্কে।

৩। চিংবল য়োইনাউহন নাউহন অনহবা হৈরি লিসিং নেনবা খোইসিং চাইবা থাংব্রাই ঙমবানা হৈরি চাঙৌবা খোইসিং লুপাংবাবু কায়না হুনবা হৈরেন খুনজান ঙম্বা ঙাংখা থোংথিল চাইবা মেন্দে তেলব্রাইবা মকু অতেংবা খুনবি কাপতা ফৈজাবু সোংকিরাগি কাউরেন সনয়াং থকতা হেনমোইবাবু কাইনা হুনবা মারুমবি খোইমোম লাইরেম্মা খুদোং নাউসং চান্নবু লুমনাবা মপারি অথিং মৈহৌবা স্নুমতারৈ ঙাংতরৈ চৈলা তেনথাবকা নাহুৎ নারেংগা মিৎলেং নারেং তমহনবাবু পারিনববু পারিনবা মমাইবা খাবা লাংথংজা কাবো ব্রালৌরেম্বনা মংফাউথাবাদি উরুপ লমমাহন লমলেন পোংহৈথা ঙানবা চাজনব্রাই খাংলা য়োরুমব্রাই ফুনান তেলহৈবা মচিং-সাংবু থেংগোইবা থোংলেন ব্রাংখৈরাকপা মফৌ সয়াই চেনবা য়ারৌ সাকারম ব্রাংখৈ লিখুন পুংবু ফৈনা লামনা ব্রাতেম্বা মৈদিংঙু সেমবি খাগেম্বাগা হুয়েন লানলোইনবা কবো মুংখোং ঙম্বা, থামুং ফাবা মরোই লোইনরিবদি, হাউবা চেংবা খমলৌ লাইতোন নোংয়াই সাগু তাইরোংমনগী চিংখম চাউপোককা মুৎলৌ ঙাংলৌগা পুমনা চননা লমওকচরিবা অকল অয়াংবা সকউ সাউদববু লোইনরিবা নংবু তাইগে হায় মনেম মতাই থোক্কে।

৪। খোয়য়ুম লাইনিংথৌ খমলাংবা য়াংলৌ খনবা মারুম্বি খোইমোম লাইরেম্মা সনথোং হুইমুরৈমা মঙাং নিংথৌ চন্নু থোংনাং মোইবুং পোত্তমলোই লিকোন খাউজাউরোই পাসোৎ ফির'কলোই ক্বা য়াচুরোইবু লোইয়াবিবু লুমনাবা মপারি নুংপাক ঙম্বা হামলৈ

ফাবা তিমারিবাগি য়াংলোন হাবা সোংবু মারাং ঙম্বা থোললান ফাবা নমু খেরাম্বা লময়াই য়ুমচংথৌ কেকে মোইরাং সামবা তোংমুস্নুবু ফাবা পোইরৌ হিথাবা কমবোং পায়াকোং সিনহৈবা ফানবাবু পারিনবা মমাইবা চাকোয়ানা মংফাউথাবদি উরিপোক খোংসাংয়ান য়াংলৌ নহামাং ফৌরায়াং অচনবা নোংদা লাইরেন পাখংবাবু মিংবু মিংনাপুং মবেন লাইসরাসিংবু সিংনাপুং ঙায়েং থময়েংথোং লমবাং ফেলুম ফেংমামাং য়াংলৌ নাহামাংবু ফৈনা লামনা ব্রাতেমবা মৈদিংঙু কোংয়ামবাগা হুয়েন লানলোইনবা ইঙেন চাকুন লোককি ময়াং মাইবা সমলোইবা থিংগুরাকপা ব্রাসকপা অফে রাজা থাংয়ান কনবা লাককা স্নুমগা তাওগা অরিং অরাং তাউবু কাইনা হুনবা ময়াম্বা নিংথৌ ফাবা মৈদিংঙু সেনবি খাগেম্বাগা হুয়েন লানলোইনবা কবো কিয়াংঙম্বা চারাইরিক ফাবা মরোই লোইনরিবাদি কমবোং লোইরাংখু লোইরাংহন সাংখু সাংহননাউ অকোই অসাউবা সকউ সাউববু লোইনরিবা, নংবু তাইগে হাই মনেম মতাই থোককে মতাই মনেম থোককে।

৫। হোংনেম লুব্রাং নিংথৌ পুনসিবা নুংবান সাকংচিঙগি য়োইঙনবা লুব্রাং লাংহৈ চিঙগি য়োইচনবা চারোন মঙা নেমজিনবা স্নুরোল তরুক তানফংবা পাখং কুমজিং লোন্দি খোং মঙা ব্রাইচিনবা নুরা কুমসিং লোনদি খোং তরুক তানফংবা ফাউরৈ নেমজিনবা য়ামদরৈ চাইসিনবা হুইতোক পাকলৈ চিরি য়োং ফাংলৈ চহুই কাংবা লৈ কৌবা নুংবু চিংগী তাংলেম্বা কাল লাই অচংববু কাইনা হুম্বা নুংবান মপাচা+লুব্রাং ময়েল্লুনা ব্রাকয়ৈ ফানপক লৌদরিঙৈদা মরাম

উকু হন্না ৱাকয়ে ফানপক লৌহন্বা হিয়াং নাপল থোংগা তন্বীবা লৈকু য়ুইনবা লৈরাই খমখাংবা। তুরেন লাতাওবা। লৈরাই হিকুম হিকাচাক্কা তানফংবা মরুম্বী খোইমোম লাইরেম্মা। হাওকু লৈমা লমদেং নিংথৌ চন্নু। লমদেং সেরম্বনা পোকপী থিকলেন তমফান্নু ঙান্নুরোন থোংঙাবা চন্নু। ইরেম তাইদল লৈমা মোমন্নু চন্নু খুৎয়াই চেম্বী নাওথোং কাইবী শেম্বা পোকপী চিংয়াই ঙান্নু থুম্বী। শেক- মোম নাওশং কাইস্নুং তালোই তুনা থোইবা লুমলেন ১৮ (তরানিপাল) লুম্নবা মমাইবা কৌবা মিয়োম্বনা মংফাও থবদি। লুৱাং মকুবিচীং মোংবা য়ুমজাওমান য়াংলা হৈতুপপোক শংদিং লোনফৌ চীংবু থে- ংগোইবা চিংখোং চুম্বা কেক্রুপান কশান শাংকৎলম। মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবা লুথোইপুং। চেংলৈ লন্মা হম্বু ফৈনা লাম্না ৱাতেম্বা। মৈদিংঙু তেলহৈবগা হুয়েল লাল লোইনবা। খুঞ্জান নিন্দুমমিদম্বা ৱাগী হোনখিয়ে। লৱাই পোনবী অচাখোনগী থারুক য়োইথোংঙাই। হম্বা কোনখুনাও। হন্নু কোন্দোং ঙাইবু। কাইনা হুম্বা। মৈদিংঙু শেম্বী খাগেম্বাগা হুয়েন লানলোইনবা। কবো কিয়াংঙম্বা চারাইরিক ফাবা মরোই লোইনরিবদি সরা কৈফাগে কৈমংবা হুয়েল লানফাগে। খোমলেন মংখৈননা লানমংনবা থিংবা কৈথৌকাই খম্বা কোন্দে কোনৌ মাই হাওকু তেক্লা নম্বা মলেম তোলোং ওম্বা নুংবান ময়ুম্নাক লুৱাং মশাইকোনবু লৈনা চেনশিনবা লৈথিন নোংথিনয়াং হাওকু চৱাইয়াং অকন অয়াংবা শকউ শাউদববু। লোইনরিবা নংবু তাইগে হাই মতাই মনেম থোক্কে ॥০॥

৬। খোইয়ুম লাইয়িংথৌ। চাখাক লাংমৈরেম্বা লানলোই পানচুম্বা মরুম্বী খোইমোম লাইরেম্মা লাইতোন লৈমা সনারেম্বী। খুমন খাথালাইথারোই। লিকশং লিকঙাংলোই ফিবোং চামি রোইবু লোইয়াবিবু লুম্নবা মমাইবা লাংমৈবনা। মংফাওথবদি। লাললোই য়াসিকসিখোম মতোন। মরোই য়াথং খোম্বাচা পাওবা তুচোংরাই। ময়াম্না মঙন হাংলৈবদি তাহনলম লংমাই চম্নু কাইরৈমা। খুনথুংদবী লংনাম্নুং। চিংঙু লৈমা ওকশোংপুংবু কৈনা লাম্না রাতেম্বা। মৈদিংঙু তেলহৈবগা হুয়েন লাললোইনবা। তুশাং হিনাম থাবা। হম্বা নাওসেক য়াম্বা। হৈরেম কদাম্বা ঙাতাম্বা খমলাং মাখি চাম্বা। লাংগোই শগোন লোইবা খুঞ্জান লৈমা খমলাং তাওবীবু কাইনা হুম্বা তুশাং ঙাংনা পূংদোই তানফংবা। মৈদিংঙু সেম্বী খাগেম্বাগা হুয়েন লানলোইনবা কবো কিয়াং ঙম্বা। থামুং ফাবা মরোই লোইনরিবদি কাবেবী কাবেবা ঙানৌ থুমনৌতা। পোইরৈ শিংগাই হুম্ফু মাথোইমক্তা সিংনাং চোমজাও সুবা কাপাক তেন্দোং হাঙ্গীবা অকন অয়াংবা শকউ শাউদববু লোইনরিবা নংবু তাইগে হাই মতাই মনেম থোক্কে ॥০॥

৭। হে পীথোংলেন য়াই কাইরৈমা কাইরংবসু হুইয়াই খম্বী লৈচোন হাওতম্বা চানেম য়ুনেম্বা খোংগ্রাই মেন্দং লাকপানা পোকপি। মপাম লাংদোম মৈহৌঙৈ। খোইমোম লাইয় ইফাবী ময়েংনা নানমরাই মপোন্না নোংবাই রাই। হৈরোংনা পাওসোনরাই মুংবিনা অসৈরাই। থরাম্না নোংশরাই মুংবিপাং তাইথিকোন

নিংনাপাৎ নাওসেককোন য়েম্বা পাৎসাং তোংগোন্দা তাংগোৎ চৈনা রোংনা খোমহাম্বী কোবা কোদাইরোই। মৈদিংঙু নাও-থিংখোংদা ফোয়াই চায়াই রৈবু। লৈনা চেনসিনবি। মৈদিংঙু পোইরৌ লাম্থাবদা হৈতৌ মোংথারোই কোকপু খোমহানলোই শারু হুনকালোইবু লোইয়াবী অমুবী লৈয়াংপী। লৈরিকপী শমখোম্বী থাব্রা লৈফম লৈয়াংপী অকোই অশাওবী শকউ শাউ-দবীবু লোইনরিবি নংবু তাইগে। হাই মতাই মনেম থোক্কে ॥০॥

৮। খোইয়ুম লায়িংথৌ মুরা নিংথৌ অতোনবা। মরুম্বী খোইমোম লাইরেম্মা চিনফুরোন লাইতোংখু মংজুম্বীবু লুম্নবা। মপারি লৈয়ান থুনৌ সিবানা খমন্নুং চাথাং লাম্বাগি য়াইফু চেপ্পা হৈববু উরময়ে লৈমু য়েনথি মাম্ববু। তুংহন্ননা হললময়ে। লৈনা সিরে লৈসি উরাংকা থোন্নাববু পারিনবা মমাইবা থোংঙাইবনা মংফাওথবদি লম্বান খোইমোকপান লৈমোন চাগোইপান খোইজু লৈমোন পান পিতিংকোই লাম্বিচা উয়োককোন নিংথৌ সোইপানইবা তল্লা উরিংকোনবু থেংগোইবা। খুয়া য়োংয়ানফম নাইফা থানফ-মমাং লৈচোন মথানফম চকপা পুমশাইখোং থোংগাবাক লান-জমরাই। রাম্নুরৈমা চিনওনখোন। চেংলৈ লাম্মা হনবু ফৈনা লাম্না রাতেম্বা মৈদিংঙু সেম্বি খাগেম্বাগা হুয়েন লাললোইনবা কবো কিয়াং ঙম্বা খমচেংলৈমা খমজাই ফাবি খামারন নিংথৌচন্নু ॥ হকম লামিংনাই চিনফুরোন হাওরোকস্নু রাংগোন মরৈমবি মুতু চন্নু স্নালাংমৈরেম্বীবু কাইনা হুনবা মৈদিংঙু সেনবী খাগেম্বাগা

হুয়েন লানলোইনবা কবো কিয়াং ঙম্বা লৈমা কাবা মরোই লোইনরিবদি। য়েন্থাকপা তোংথিম্বা খুরাই কোকচা খুরাই কংজা নাংরাই তুংরাইবা অকোই অসাওবা শকউ শাউদববু লোইনরিবা নংবু তাইগে। হাই মতাই মনেম থোককে ॥০॥

৯। খোইয়ুম লাইনিংথৌ থংরাই মরা নিংথৌ চিংঙু ওংজা চিংমাবা ওকলেন নয়া কানাবা লাইরেন নতোং পৈনবা চিংখোং পোইরৈতোন্না রায়েন থৌদা তমদরিঙে। রায়েন থৌদা তম্বিবা লৈকোয় শগোন অপাইববু পাইখিরনে হাঙ্গৈনা মথোং মশা থেকনা রারক থোবাও তম্বীবা য়াওরৌ শজিতেং অতেংবগা নমু পোংগা মান্নগনি হায়না চিরেন কোকথোংনা য়ারেন থারুকনা পানবা য়েকতমনা কৈরেন য়াতম্নবা পাল্লো হায়না থৌদমবিবা তাওজিং হৈরাওচং নমু পোংনাওচংনা রোংঙঃ॥ হায়না থৌদম্বা তরা তোংনু লিকসি খারোন য়াইশেন য়াইফৌ চচাক চাহাও। য়াংলি শুংলিবী। হামুক কৈগাবি চেংমি ফৌগাক্কা ইরোইয়া কৈতেকপিকা মোরশি নাউরমতোন ফৌরৈমা ফৌনিংথৌদি কদাইদা পাল্লো হায়না থৌদম্বনো। লংমাই লৈ থৈনুং লৌরি শেন্দাইনুং খোংবান চাকলোলা তারেংলক্তা লৌখোং নমঙানা কাইথেং খোংদিন্ননা মপান হুইতু তুদনা মাই য়াম,চেং কৌরোংশানা থোইদিং থৈঙা-নানা পালও হায়না থৌদম্বিবা চিংফৌ তম্ফৌ চইন মুকলাং কোকনোং খোমনোং থবি মাইরেনশিংখাশিংথুম পানফুক পান-ফোই হরাই ঙৌজা লিনাই খোইনাই খোংতুম মাইরেল শৌগ্রি ময়াংবা তিঙ্গেৌ চনমদি কদাইদা পাল্লো হায়না থৌদম্বনো।

চিংলেন মনাক তামবদা নাকতাং শারোনছু। শিংজং উরাই হাই পামেন উমৈতুপ চকমোম মথিনাই থামবি মন্নাংহৌনা হাউনা নারোন শংপদা ল্লোংঙঃ। হায়না থৌদম্বা মরুপ্পী খোইমোম লাইরেম্মা চিংলোই তমলোইবী তোনবুংঙম্বি লৈশক কাজাওবা ফাবিবু লুম্নাবা মপারী মেন্দে ঙম্বা মরাম্বা চিংশোম্বা তোলোংখোম্ববু পারিনবা মমাইবা খায়োই করিয়ানা মংফাউথবদি। থংব্রাই লোইন চীং য়েননান লমনুংশি ওকথোক লমমাহন মৈদিংঙু খমলাং অতোনবনা শানথুপচীং অকাবানা সাকমব্রাই নাওরেম তোম্না ব্রাম্থোংব্রাই। তারা য়োইরাবনা তাওচিং হৈকন ব্রাই। অমু থুব্রাংবনা হৈশংব্রাই। নিংঙেন খুজাম্বনা মৈদিংঙু খমলাং অদোনবনা নাউথেমচীং অব্রাং থাংব্রাই লোইনচীংবু থেংগোইবা নিংথৌ মংজিং নুংসোই। লৈমা লাইখোং তেনবি। নিংথৌ কুরাউবচন্দ্র মহিলেন। খাবী লেংনাও মোম্বি মরমথৈ য়াইথোং লম্বাহনবু ফৈনা লাম্না ব্রাতেম্বা মৈদিংঙু সেনবী খাগেম্বগী হুয়েন লানলোইনবা পুমঙম্বা থোনবা লৈশিনবু ফাবা করো কিয়াং ঙম্বা মুরুপ্পা ফাবা মরেই লোইনরিবদি থিংবা মরামচা লাইথাং, হুইয়োমশানা চিংশাং শারাও লাননাবদি খোনগাতমলিবা অকোয় অশাওবা শকউ শাউদববু লোইনরিবা নংবু নেমশিক্কে মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেম থোককে ॥০॥

খোইয়ুম লাইয়িংথৌ কৌবরেন অহনবা লাইজা ইথাবা ইমু খনলোনবা ইঙা চাইজিবা। মরুপ্পী খোইমোম লাইরেম্মা থৌজু নুংনাংলৈমা থিকলেন থানা পানবিবু লুম্নবা মপারি লোকপা নিংথৌ

পাঙ্গুম্বা কৌবা উল্লেন চাইবা শোংলেন লনথাববু পারিনবা মমাইবা খাবি তেংমাই থিনবা মমা লিনস্থু লৈমানা পোকপা লোইয়ুম সংগাইব্রা পুথ্রন তেংমাই থিনবানা মংফাওথবদি অব্রাং কৌবা চীংলাংমৈ। ফিযুন নুংথংস্নুবী স্নুরৌচীং কম্বী ফুবান লোইবি লোইরৌচীং খমলাং নাওরেমপানা মথুরোল লাংগোই মোইশা অপানবা সামু অঙৌবা থোকনরম মমা অখোং কৈনমস্থু। অকোং খাংস্তরাকপম নিংঙোনবী কৌবা লাংলোই ঙম্বী হুয়েন লাকাবা ফাবী লমলোইতাইবা লোইয়ুমবা লমথোনধনা চুমলাং খোকলোই পোকপু থেংগোইবা য়াইথোং নৌসৌপাং কমবোং নৌ হিরান তাক্লা থানবি হিথাংখোং লাংবন খোইনিং মানবী পাইমেনখোং। চাম-লাকপা মহিথেন লাইজা পুংগাইবা মকাইফমবু ফৈনা লামনা রাতেমবা মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবগা হুয়েন লাললোইনবা। রাইনেম খুননেন খুঙ্গং তরুক ঙম্বা হুয়েন লানয়াম ফাবা মরোই লোইনরিবদি চীংদা শেম্বা (তরা) ১০ মক তমদা শেঙ্গা তরামক চীংশেম মানসেম্বা। অকোই অশাউবা শকউ শাউদবা লোইনরিবা নংবু তাইগে হাই মতাই মনেম থোক্কে ॥০॥

## ঈশিংদগী ইক্রারকপদা
## লাইমাও য়োবদা তৌগদবা থৌরম

লাই শুমাঙদা ফৌদাং থুম্মুক ১ থুমকাগুপ, শেনকাগু,প ঙা পরেং ঙানু খোঙগাল ১। খোইজু লৈথাম মৈদা ওক্কনি। ঈশাইফু পুবী নুপীনা মাঙথাতুনা লাকপা অতুনা লাই শুমাঙদা

থারমল্লিবা পোং পুম্নমক অতু ঈশাইফু পুবীনচিংবনা মখোঙনা কাল্লগা লাইশঙ লোমদা চুমনা চঙশিনগনি। মুপী অদু নত্তবা অতৈদি লাইযিংথৌগি থৌগল্লা যেং থংবা খোঙনা কানগনি। লাইরেম্মগি থৌগল্লা ওই থংবা খোঙনা কানগনি। মী পুম্নমক পোংশিং অদু কানবা লোইদ্রিবা ফাওবা মাইবীনা শাবিক খিংগনি। পেনা খোংগনি।

পোং কানবা লোইববদা মাইবনা লাইযিংথৌগি লৈযোম হিরী লৌথোক্লগা লং অদু তিংথোক্তুনা পাযগনি। মাইবীনা লাইবেম্মগি লৈযোম হিবী লৌথাক্তুনা পাযগনি। মাইবনা পাযবা লাইযিংথৌগি হিবীদা নীপা ৩ মাইবীনা পাযবা লৈযোম হিবীদা নুপী ৩না কোকশেং শেংলগা খাংজেং শেংতুনা নীপানা মাইবগী মথংদা, নুপীনা মাইবীগি মথংদা মথং মথ পাযরগা ফমদেংলিবা লাই অদু যৌনৰা খোংথাং মান্ননা চংশিলগনি। মাতুদা মাইবনা হিবী লাউদুনা চংশনগনি। মাইৰীনচিংবা যামনা খুমগনি। ঈশাইফু অদুদি লা থাবগা কাযদনবা থমগনি॥

হিবী ফানদুনা চংলকপা অদুনা লাইনুং যৌববদা লৈযোমনা ফমদেংলিবা লাইযিংথৌ লাইরেম্বীগী খোযদোগি মপাদা মাইবনা লাইয়িংথৌদা, মাইবীনা লাইরেম্বীদা শোক্বনি। মাইবনা হাযরগা মাইবীনা খুমগনি। মাসিদা ফমদেংলিবা লাইয়িংথৌ, লাইরেম্বীগী থরাই হাপলে। অসিগি মতুংদা ঈকৌফু অনি অদু হিগাউফিনা যোমলগা লাইযিংথৌগি চফুনা লাইযিংথৌগি য়েংতা, লাইরেম্বীগি

চফুনা লাইবেম্বীগি ওযদ থমগনি। লৈয়োম য়েৎপা লং অতু কোনশিল্লগা ঈকৌফুদা হাপ্তুনা থমগনি।

মাইবনা হিবী লাউবদি—"ও ও ও লে ও" ময়ামনা হি-হি।
মাইবনা "এ এ এ ওলেও"।। ময়ামনা হি-হি হি ।
মাইবনা ও ও ও লে ও ময়াম্না হিহি

পাখংবা হরাওবা , নিংথৌনা ওইখিবা লাই খাগেম্বা খুবোম্বা খুনজাওবা, নাওথিংখো, অসিনচিংবা লাইশিংদ ঈশিংদগী ইকারকপা ১স্থং লমথোকউবা হঞ্জনলকপদা খোইচু লমওক স্না লমওক শক্কনি।

## খোইচুলমওক

কৌবৌ নোংথৌবনও ইক ৩ লাইবে বাংবা মৈদিঙু স্না নামিরেন মিবেন থৌযাংববু ও ৩ যিক ৩। থাবৈ লেমলৈ লক্কি ইমু ইঙৌ লক্কী লৈকু লৈবাই মুংগি তুবেন কাউশিং কাংবা মুংগি তিননা বকএ যে ৩।। য়িক ৩।। পাল্লেম নমানা তারেং খোংফাং লৈনা লাই বেন নংবু মিকৌবকপদি ব্রাহি ঙাংঙোই লাংনা থুগবরা হাযববু থুফ দবলাং হয়িং পোংলোই লাংদা থুগবরা হাযববু থুফদবা লাং মোংবা আউপ লাংদা থুগববা হাযববু থুফদবা লাং শল্লম ফৈথিং লাংদা থুগবরা হাযববু থুফদবা লাং লাংলোন মবম যাম্ববু মিকপ লাক নেংথু মিব্রাইরেন তোংনা চাবোং লাংদোন ব্রাইনা লাইরেন নংবু হিং হিং খিংগারকলেদা ৫ ৩।। যিক ৩।। তুবি নশোং চাউ লাইরেন লুনা বাংনা হিং হিং খিংগাবকলেদা।।

## মা লমরোক

কোরৌ নোংথৌরেল-ও, লাইরেল রাংপা মৈতেংথৌ মা মিরেন, নমিরেন থোয়াংবাবু ইরেন লমলেন লককি ইমু ইঙৌরোনগি থারৈ লেমলৈলক্মী তুরেল কাওমুম কাওরা মুংগি তাইবং চিংউ নোংউ মাংবু থায়খংলককে। পুনসি নোংশাংনা সনা নমিরেন মিরেন থোয়াংববু তিল্লারেমলে মা নংথোংচিনবু পোননা লিংসিল্লকএ। না-রাংচিনবু কাননা চোংসিল্লকএ মিকপ লাকপু নেংথুরকএ মিরাইরেনবু কাননা চোংনা লাইরেন মা নথোংজিলবু থোংলেন মরোল য়াম্বু কান্না চোংনা তুবি নচংলম লাইরেল নফালসাং থোনাং লাল্লু চাম্মা মুনা থোংলেন তলমু চানেং,লম্বু তুবি নচিহেন লাইরেন নরাই লাংনা রাইরোংলকএ মা নমিরেন মিরেন থোয়াংববু তিন-লারেমলে নফমলেন কারালেমলে। নফাল লেন তোংলা,রেমলে। মালেম মানা রোই থাবি মতাংতেন। য়ারা সিনথোং খাম তরেং খোংফাং লৈদ্রুনা কিকৌবদি তুবি নচি তেন। লাইরেন নরাই লাংহৌরকএ। লাইরেন নংবু ফুবা লাংনা থুঙমদে। ফুবা তোং-থমলাং মিরেন তাংমা লাংনা কাপয়োনকএ। মোংবা অউপলাং লাংগোম পাউনমলাং রাহি ঙাংগোই লাং সনলম কৈথিংলাংনা থুঙমদে। লারাই মেনগারুক মেনতাংসাং লাংবন হামপোইবা মিরেন লাংতমপা পায়মা লিরি সংচাবানা খোয়মা লাংতোনথক্তা ননলম কৈথিংনা লাংতম্বাবু হায়িং পেংলোইনাই মুংনাং চারারোই অহেনবা খোইয়া লোংচুম চাবু থুগবরা থুদালাং। লাংবন কীচেংচোংবি চাবু ফাগাবরা ফাদবা লাং কুরাক মেল্দংচাবু

থুগবরা থুদবলাং পাখং মানবা মিসমচিন। লৈরাং অতিংঙাবু খুরৌবা লাংনা ঙমপন ঙমদে। তুবি নচিহেন লাইরেন নরাই লাংলকয়ে। নপেন খোইমোম লাইরেম্বা মোংবা থাঙা য়িমচাউ লাইরেম্বা য়াইফবি মানকম লৈয়েংবি কোনফম লৈতকপি মাং-শোক লাই থংবদা মৈরা কন্দুম ওইনা রাওম্বী রানা কাতাং ঙম্বী হুয়েন ওইরমদা সুবি খান্নিকপাদা হুনবা ফাবি থোংনাং ময়াংচিরি খোম্বী ফিপোন ফাবি লোইবি অনান ঙম্বী হুহেন নোংমা তান-ফাবি শমশোক ঙম্বী হুয়েন শামপেং ফাবি নকা লানথাবি পানবা কৈয়াম ফাবি মোংবা থাংঙা য়িমচাউ লৈমা য়াইফাবিনা লাইরেল ইনোংয়াই নংদি লাংগোই শায়াং থক্তা করিগী লকতারোই নোং থোইরাকো লাকসকওঃ। সরেন য়েংনা লাম খুবি কৌরোংসু খুজেং হংচি লাকনা খুয়া য়েংওই থুমনা স্না লমওক ফমদা লাইরেন স্না নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু তিললৈরেমলে য়োইবু নসানৌ কংলৈ মৈতৈ রৈমানা লাইরেন ইশাবি চাহুই লৈরিকচিন মেনসনা রাইরং গেনভোম্পোক পানলোই খুনঙমলৈ পামেল থেমচা উফৈ থক্তা সংস্লেন লৈপান পুমনা ভাম্মা নোংশা লৈগুম্বাও। মালেম মানারোই য়াম্রা সিনথোং খ'মনা মিকৌবদি হুইচি থেময়ে হায়বগিরু মিকৌদে লিরেং পুপ্যান থোইনবা খমলাংবা পনহেন-নবা মিকৌবদি য়িরি কাংথুল ল্যাংনা থুঙমদাবাও। লাইরেন নংদি লাঙ্গোই শায়াং থক্তা করিগী লাক্তারোই নোংথোইরাকা কারকলো শরেন য়েংনালাম খুজেং হংচিলাক খুবি কৌরোংসু খুয়া য়েংওইথুম স্না লমরোক ফমদা তুবি নচি হেন্না তুবি স্না নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু তিরৈরেমলো হেন্দি,খুরোইবু থংতা নোংপাল

লোন লাংকোই শায়াং থক্তা রাকচিং লৌকোই হনবি পানবা কৈখিন হনবি লুয়েন লানখিন হনবি। উরা পোংবা ওইএ। মেনসোই খুংসা ওয়বিনা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ রাংবন য়িগাসা,তাও চিংথোং পুরিকলাই লিকলাই মৈসং লেনও য়ারা সিনথোংথাম মালেম মনা লোইনা মিকৌবদি সেতৌ তৌওামথো খোই হোই হানবগিবু মিকৌলোই তামথামৈ চাওসিননবা য়িরেং মানলৈ কোনচিনবাবু মিকৌবাদি থাংতেক্ খোয়য়াংবা লাংনা থুঙমদে লাইরেন নংবু স্না ভুলাই থক্তা করিগী লাক্তারোই নোংথোইলকো লাকশিকও। শরেন য়েৎনালাম খুবি কৌরোংস্থ খুজেং হংজিলাক থুয়া য়েৎ ওই থুম্না স্না লমরোক ফমদা স্না নমিরেন মিরেন থৌয়াংবাবু তিনলারেমলে। লোইনাই নপারি লিকলাই মৈদিংঙু থোচা লাংগোই শয়াং থক্তা স্না খোকথৈ মারোল য়াম্বাসিংনা লাইরেন ইপা মৈদিংঙু পাথং মানবা ইশম চিন থোইনৌ মিরাংমৈ লাংচেং চারা ইরুথেংওঃ। মালেম মানালোইনা মিকৌবদি রাইরা সানাঙম হুয়েন লান্না ঙমএ। হায়বগীবু মিকৌদে। মৈবি সল্লাম ওই উরেপ চারা ওইনাবা কোরৌ খোংজোম মুবিন্তুগুম্ববু কুনজা নৌহৌনবা তোংজেং কাইনৌম্তুগুম্ববু থাচা এংহৌনবাবু মিকৌবদি রাবা মানতিং লোবা সিনহৈলাং উকাক থুম্বান লাং সংচিং নামি লাংনা থুঙমদে। লাইরেন ইপা মৈদিংঙু নংবু লাঙ্গোই শায়াং থক্তা করিগি লাক্তারোই নোংথোই লকো লাক শিক ও। থুম্না য়েৎওই থুম্না স্না লমওকফমদা স্না নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু তিন্নারেমলে নমোম তক্না রাংঙমলোন চিংলাই মৈমা স্না কোনথাং মরোন য়াম্বিশিংনা লাইরেন ইপা মৈদিংঙু কোরৌ

সোইনাইদবা রাংবন হেন্নাদবা নংবু থুমনাউ হেনসোইএ। য়েন্নাউ নাহেয়ে হায়বগিবু মিকোদে। থৌত্নু তুগুম্ববু লেপ্পা য়ুং চেংচা তুগুম্বাবু লেপ্পা থিলনাববু মিকোবদি মোংবা তোংখললাং রাচেং খাইচালাং লাংগোম পাউনমলাংমা থ.ুঙমদে। লাইরেন ইপা মৈদিংঙ. নংবু লাঙ্গোই শায়াং থক্তা করিগি লাক্তারোই নোং-থোইরকও। লাকশিকও শারেন য়েংনা লাম খুয়া য়েং ওই থ.ুমনা স্না লমওক ফমদা স্না নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু তিল্লারেমলে। য়োইবু য়োইহৈ থুললেনবি চেংলৌ সামন লাথেমপি খোংফাং চাম্মনা য়োইথোনবি লুপাকোনথাং মরোন য়ামবি শিংনা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ লিকলাই তাইবংচিংঙ. ইরান রাই নংগিদমকপু মোংবা তাসিল। হন্দা থাপলৌ মরিল সত্তনা তারেং খোংফাং নামুংনা মালেম মানারোইনা মিকোবদি অরাংদা কৌবা কৌহু য়োরুইয়ে। মিকোদে, খাদা থারৈ কুমলুয়ে লেম্মৈ তারুইয়ে। মিকোবদি পিসোন পাসোল্লে মিকোদে। মুমিং নাশোং চাউ থাবানা নঙাননাই কুমজা তেকহৌনা থাজ নৌহৌনাবাবু মিকোবদি নোংয়াই নাউখম্বা লিরৌলাং ওকশোং পুমথাংলাং শঙ্গাই তোন-নৌলাং লিরেন তাংমালাং নারক শোইচিনলাং লাফুৎ ফমচিংলাং নরা কোঙ্গোইলাংনা থ.ুঙমদে। লাইরেন নংবু লাংগোই শায়াং থক্তা করিগী লাকতারোই নোংথোইলকো লাকসিকও। শারেন য়েংনা লাম খুপি কৌরোংস্নু খুচেং হংচিরাই খুয়া য়েংওই থ.ুমনা স.্া লমরোক ফমদা লাইরেন স.্া নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু তিল্লারেনলে। অরোই নোংনে লোইনা নোংনে লোইনা স.্া মিকোন নোংনে। হে কোরৌরেমলে ।।০।।

## ভুদেংরোন

হেবু খুনমাবা লৈমবা অতো বা আ'রংবা কুপথন থন ঙানতুতু । কুজ্জাপা ওইবিবা থাজগা পাল্লিবা মৈবি শালায়গা উরেপ চারগা থাবান নোংলৈগা ওইরিবা ঙাঙোইববু তাইশিক্কে । ঙা\ঙোই যোইমোংবা য়োইচি\'লেন তমহৈবা । তমপাক লা\'কোই লো\-'কোইগা শা'রা\ পু\মাইগা লৈকাই থুনদিন লালতিনগা পাথুপ পা'মানগা । যুমচিং চকোং চাদাগা মো\বা যুমলাই কৈরাই শাগা তাউখ\বনা শা'নৌ যোইহৈতোন তাউথি\মাংও । নংদি ফা লৌ লাইমাকান মীবা পো\'থোকলম ঔবি শামৈথা\ লমলেন কোনবিবা । হংঙোই কো'ন্দ নুরাবিনা রাই কোইরম তা\জা লিনা পাখংবনা বাইচংলম লিলবাই ঈমরুদা শা'নৌ নঙ থৌনা ৫ । নুবী খমখাই যামা'দ । লিরেন ক\শি নিকতে লিফৈ কা\ফৈ যামদে । তাম্না ফৈ'দাই হক্কে মেনা\ তনবা খুযৌ ঙমজৌ হুন্দ । শ\লৌ যেননিগিদি উচিনা তেক তেকপান য়েন-বৈ বান শাবা শ\লৌ বাংকনবদি য়েল্লা\ খুং খা\দে তা\কোং চেশৌদে নোইম্নু থুমক্রাইরবম্নু শা'নৌ ন\ থৌনাও ॥ নাশাবি এদি অবা\কৌবা ঈমক চি\পন পল মক তুরেন লোকচা ম\চাঈ শারোন ম\লোন ঈদি নু\বি খমখাই যামএ তামনা ফৈদোই হকএ । লাইজা ঈনু\ হকএ । মেনা\ তনবা খুয়ৌ ঙমজৌ হুলএ । শ লৌ য়েননিগিদি তেকপি ওকলা কোন্দা পানবা য়েন তুরেন চান-লৈঙোইনা খো\জোম যেন য়েনথাবাম নাপাকপদি শংলৌ হু\গলএ । যেল্লা\ খুংথা\এ । তা\'কোং চৈশৌএ । নোইম্নু থুমক্রাইবরম্নু

লাশাবি ঐ থৌনাগে হায়না মারৌ লৌনা হৈনা শারেন তাংকম য়াদা চিক্লা কোইনখিএ মোংবা মচন মমোম অনিমক থিংক্রাবিনা খুমলোং নাথংলোম্না রাংলৈ য়ুশিলচাখিএ। য়েনবি য়েনচাউখোং চাউখোং শারামবিচানা খোংজি নারেং হুৎনা লারাই হাফুরোন হাপতাংশাংনা পাখং পামচিং নানৌরিনা হিরি ওই। ঔরি লিয়াই নোপনা থৌনাখিএ। হাওহোং খুনা লিশিএ। খোংবান তৌনা-উখুনা থানওইনৈএ। থৌনিং মুনা খোংনিং চংএ। থৌঙাম্নুনা খোমদোন লংএ। কাংক্রুক্লা উরাওএ। উথুমনা পুংদোইএ। থারুক্লা অশৈএ। থৌরৈ রাখ্রেক্লা থৌচেনলাল চেনচখিএ। লারাই হাউয়ুমমোই চেকলা মোনমাই কাংনা মাথা ফিঙাং কিশিং। চারৈ ফিবাই লোনবাইজখিএ। উরোক লম্বুরানা চারৈ ফিজুং খারোম্নমা চামলৌ লাথাং শিংখাং চাখিএ। ঙাঙোই য়োইমোংবদি তুরেন খুনিং খুয়া থেক হুপচিন হুপয়া রোংবু মোংবা তুদেংথখিএ। হাউরৈ খানা পাংবরমগী শারেন শমশাংবিচা ঙারেন কোকপকপিচা ঙমহাই নোংচেং ঙাতুপবী নোংলোন ঙাচিং চিংলোইনাই ঙাখা খারেংবিচা লেমলৈ ঙাশিংগুনা লমতমখংলকপবু। পোনবী রাশোই-পোন অমুবনা চিংগোই শৌরা ঙম্বগী শারেং ওন্দেরে ঙারেন তম্না হলরাইখিরে। ঙাঙোই য়োইমোংবনা পোনবী রাসোইপোন অমুবনংনা চিংগোই শৌরা ঙম্বদি শরেং ওন্দেরে ঙারেন হলরাইখিরে। হায়না পোনবী রাশোইপোন অমুববু মখোং মাশা থেক্লা রারক থৌবাউ তমখিএ। শরেং শমশাংবিচা ঙারেন কোকপাকপিচা লেমলৈ ঙাশিংগুনা অমরক লমতমখংলকএ। ঙাঙোই য়োইমোংবদি

তুরেন খুনিং খুয়াথেক হুপচিন হুপয়া রোংবু মোংবা তুদংথাখিএ। মুনম খোই শোনগা লূনম লাংথাক্কা পুম্না তমথাখিএ। থুমনাউ যেননাউ আপকমা পুমনা যাহৌথখিএ। নেম্বী শিংনা হায়না কাউথখিএ। পামনা চাউনা ইম্থাখিএ। থারৈ,মাফাউ থাখিএ। লেমলে মনথখিএ মাপুম হাউযুম যুমনাক ১০ (চাম্মা) তাবদা বাইথুংলুরে। হাউংুম মাবৈ মাবি হাউশি পম্থোং খৈবি। খোয়দোম লুখ্রাবি থৌরৈ যোংমিংনবি। তেংনৌ তোনফাংন্থনা পাউহংঙমএ। ঙাংঙাই য়োইমোংবং। শানৌ নাচিন ননাওবু করি লোনবু লোলহাইগে লাকপনো হাযনা পাউহংঙম্বদা। মাপুম হাউয়ুম যুমনাক চাম্মা তাবদি কাকলে মিঙম্বনা লন্দবি য়িতা খুলবোইদে। লেকাই খাম্বী মৈবৌনদে নানবা তেমচিল লোম্না তেমলাং ওইরম-ফাদে। শুমাই নো লান্দে কংলৈ য়াথোকফাদে। থুমনাউকুম চংনা বাইদে যেন্নাংকুম চংনা চেলএ। শানৌ নাচিন ননাওবু কাকালেন মিঙম্বনা হেখবগনে। হায়না পাউমেল্লাবদা ঙাঙোই যোইমোংবনা হাউসি পম্থোং খৈবিও। কাকলেন মীঙম্বদি কাদা-ইরমদা লালদাংিবনো হাযনা হাউহংববু ঙাঙোই য়োইমোংবাও নামু পোনচেনবদি মোংবা চিংমা হুংতা লালদরিএ। হাযনা পাউমেল্লাবদা ঙাঙোই য়োইমোংবনা শানৌ যোহহৈতোন তাউ-থিংমাংও। শানৌ ইচিন ইনাওদি ফানা হৈবু শেমশে হুম্না হৈবু শেমশে। থোংনাং মানথৌরিবা ফৈবাক তাবুল লাং কান্দ কৌশিলাং শুনা থাংজিংলাং মোংবা ইনকোই লাংবু লাংশেমগিশে। ইন্নুং শোইয়াইমাদা চংলম ফালশাং য়িন্না লাংথাকখিএ। কাকলেন মিঙম্ববু লৈমারক্তা লৈহৈবনা লৈফু লোএ। ঙাংঙাই যোইমোংবনা

শানৌ নংনা ফাইস্নুং হাইগন্নু নাশাবি ঐনা ফাইস্নুং হাইরোইএ। লাবা ইচিন তু হৌওদরি শাগন তুফাংলিংদরি শানৌ ইচিন ইনাওবু রাইরা শেংচানা থুমুনৌশনাশে মম্নুম হাউয়ুম য়ুমনাক চাম্মা তাববু লৌইবু লোইচন্নবদি ॥ অতোম লোই, অমেংলোই, য়ান্নোন লোই। থৌদমলোই, পরিং থোংরিং লোই, লৈতৌ য়েংাং নাফালথাং লিকলা থাংনা থাংমন তুলাই কুপ তোংলাইথা ফিবুল লাংবুললোই। শমচেং শময়া, লোই। ফুংকা লপ মৈ শৌরাং থোংয়োম তানয়োম লোইবু পুন্না লোইচল নাবদি। মরুম্বী হাউন্নুথু হাউনুহল লাই-তোংখু লাইতোং হন্না য়েনয়োম থোম হালগা শিংপাক মাইতৈগা চাতুম চাঙানগা য়ুহিচাহিগা মেরা মেনতোংগা লাংহৈবী কাকলেন মীওম্ববু কাইনা হুনবিবু লুমনবা নংবু তাইগে হাই মতাই মনেম থোক্কে ।।০।।

## মুম্মিং কাপ্পা

লাহানমোং হয়িঙৈদা কোরৌ নোংবু খোম্বী মালেম লৈপু লুম্বীনা কোরৌ মুম্মিং মাদা মপারি মঙা শুনা শাংলে হায়দবরা। মপারি হান্না শাংপা অমদি থাংয়িগুম চিশাংনা লোইমোম হামগংনৈয়ে। মালেম লৈদা কুমনা লৈশৌ খোইমিং ওইখিয়ে। থাংয়ি অহোংবী লোইমোম অচৌবিগী হৈনা মতুং ইন্না থাংয়ি মোরশি লোইমোম মাংদংবি। হামুক কৈগাবিবু ওইনা শাল্লোনখিয়ে ।। মপারি কোন্না শাংপা অমাদি কাইরৈ য়েরুমগুম পোংবংনৈয়ে।

কোরৌ লোংশানা কোচৌ চুমিথাং ৱাংকল নোংমিং তাংবু শাল্লোন-খিয়ে। মালেম নৈৱা কুম্মা য়াওরোশা শংঙাই কুঙাই চানবি য়াওরৌ অহিংমিংপু ওইনা শাল্লোনখিয়ে।। মপারি কোন্না শাংপা অমদি স্নুমিং মনাও কাইদে ওম্মাও তৌনা কৌয়ে। মাগী হুকমা হামনবা থৌম্মন য়াংমনবা। য়াংমন কাইমনবগী থোংনাং মোঙ্গুল কাওজৌ শোরারদা চংনা নোংমল্লে। য়ারেন থোংক্তি তোম্মা লিমিন শায়া মানববু শাইক্লোনখিয়ে। থিকরেন মথা নোংগীনা মোইবুং ঙানোই মানববু শাল্লোনখিয়ে। লাকলু মোইফাংতোম্মা থাংশাং মৈনাইববু ওইনা শাল্লোনখিয়ে। লরাই কোইরেন থক্কী তাংজা মশমতোম্মা লম্বু খাংবা পুরুমলে য়োইবু ৱাকচিং নৈমা মোমশা ওম্মী খালৈ লৌকোইঙৈ। মতু নিংথৌ অঙৌবা নিংথৌ তরাবি লাংগোই শেন ন্যাকথাং তাইথোমলৈ। নৈশোকলৈ অঙৌববু ওইনা শাল্লোনখিয়ে মপারি কোন্না শাংপা অমদি স্নাখোমদোন অতোনবাওঃ তৌনা কৌয়ে। স্না খোম্মুদোন অতোনবগা, মশাবি তাওহুইরেং অহনবগা স্নুমিং অনি চয়োননাথবি অনি লেংশিন্নবা পাললম্বাগী তয়ুম মিনাই ওইবনা। হৈজা অওই থিফদে হায়না রাওইখিয়ে। খ্বাইনুংজেংবম পিবা য়েকমা হাওদংলা নমু পোংবা নিংথৌ কতনবনা ঐদি তরা লৌচন পোংস্নুং অনিরক চেন্না তন্না হলরাইয়ে রাংবন ঙুয়ুং শিংজন পোংস্নুং অনিরক চেন্না তান্না ওন্দেয়ে। ইপারি হাওদংথুবু তরা চবুম শাইনা নাওয়োকফদে ইমোম হাওদংহনবু লাংগোনফদে। মোমম্নু তালোই ইরুম্বীবু শমু ওইরম থানা লাংগোনফদে হায়না রাওইখিয়ে। খ্বাইনুং-জেংবম পিবানা কোরৌ স্নুমিং অমদি মপাম শেলোই লংমাই

য়াবু য়ানিরুব্বু বা পিনগুমনে। কোরৌ মুমিং অমদি মপন থোংখোং কয়ান য়াবু য়ানিরুব্বদি য়াপিনগুময়ে। কয়ান নিংখৌ সোকপাম্বা মচিং চিঙ্গা পানবা য়াবু লাংলেন য়াপান য়াল লোকলৌ তোমখোংপলৌ লাংলেন য়াশা শানা কোংয়াং ভংথাই লৌনা অউপ্পা লিগাওই অয়োংবা তেনগা শানা কোরৌ মুমিং মগানি লিশেম তেনশেময়ে। কোরৌ মুমিং মগানি লিকৌ তেনকৌখিয়ে। কোরৌ মুমিং মগানি লিতম তেন্দমখিয়ে, কোরৌ মুমিং অমদি পোনবী চিরোন চল্লিবা শেন্দাং খাবয়াং তোংববু পান্দম্ববু পাচুরে। কোরৌ মুমিং অমদি খুম্মু মানথিক তেরা মমা পুজেং লৈনৌবিচা। কোংয়াংয়া,খুম্মু চিংশোংলমলৈমা চেক্লা খয়ংবিবু কোংয়াং য়াশা থানফে থক্কী পান্দম্ববু পাচুরে। কোরৌ মুমিং অমদি তালোই মরুম্বীগী চোমলাং কাওবি মনাশিবু পান্দম্ববু শিংডেল লৈয়াই খাইনা কাপথাইরে। কোরৌ মুমিং অমদি মোমম্মু তাল্লোই মরুম্বীনা কৈজা পোপতেকলৈ লাইজা ইপাললাং ঈমু ময়োনশং পুললাং লুয়োই থোংনা মরান ওন্দেরকপবু খাই মুংজেংবম পিবানা লিবি থমোইচিং লাকা তেনমৈ লাক্লা পান্দমববু পুললাং লুয়াই খাইনা কাপথাইরে। কোরৌ মুমিং অমদি তাললোই মরুম্বীবু পাওমেনখিয়ে। মোমম্মু তালোই ইরুম্বীয় হাওম্মু চংথানম্মু শাফা-বিওঃ। তুম্মুং লংলা মাবু লংশুং খোংগা তিংও। হায়না পাও-মেল্লাবগী তাল্লোই মরুম্বীনা তুম্মুং লংলা মাবু লংসুং খোংগা তিংলে (য়েরুম মহাওদংলানা) পান্দম্ববু লংসুং খোংগা তিংবব কাপখংলে। তালোই মরুম্বীদা পাওমেনখিয়ে। মোমম্মু তালোয ইরুম্বী হাওম্মু চংথাম্মু শাফাবিওঃ। হয়েং কোরৌ মুমিং মাদি

তাম্না চয়োমগুঃ ব্রাংদৈ খোম হাম্লো ওকসেন লাবা লৌচংবা লাইয়েন লাবা লৌতাববু লৈয়ে য়াংদৌ শরম লিক্লগে। তালোই ইরুম্বী নংদি য়েলাং থোৌচংকম্নু। শিংজা য়াইকোইগনো নাক্লা খুনগোইগনো লৈকাই থাম্বী মৈরোগনো তরেং খোংকাং নামুংনৌওঃ। হায়না পাওমেনলবগী তালোই মরুম্বীনা তারা চয়োমলে ব্রাংলৈ খোম হাম্লে। য়েকমা হাওদং লানা মুমিদাং তালোই লুমদিন্দা চরৈ য়াকুতে মোলোং তপতাইনানা খেংকোইখিয়ে। ইমুং কৌবা শোইগে লোইয়া ভানগে তৌগুমলকলবদা লিরুং খুংতা পাই তেনদোং নমদা পোনা মরাম থোৌচংখিএ ॥০॥

য়েকমা হাওদংলা খ্বাই মুংজেংবা পিবানা শেলোই নাক-পাকমা লংমাই চীংশামাদা পামেন উখোং খাদা শানথুপলে। য়োইময়াই মশাবী তাওহুইরেং অহনবদি লৈমুম্বাবা মশোংজাও লৈহৌরাবা মভান নাইনা খিং, খিং, খোংকারকপাপু পামেনউতোন লোমা কোংয়াং ব্রাতোন লোম্নগে তৌগুম লকলবদা য়েকমা হাও-দংলা খ্বাই মুংজেংবম পিবা নমু পোংবা নিংথৌ কতনবনা লিরি থমোইচিং লাকা তেনমৈ লাক্লা লিচিংনা চোংদমনা তেনব্রাইখিববু তাওহুইরেং অহনবদি চৈয়োম্লে। লাংগোই মখুংনেং কোয়ৌ নোং শগোল অপাইববু লাবা থমুং খিংনা লুতুরে। লোইরেন খুম্বী রোক্তা লোকলেন মভান নাইনা লুতুরবগী লোইবি হাওম্নামপৈ। পাখংয়োমলোই হৌ। মুরা য়োমদম পৈনা শরেন শানৈনা ব্রাংলৈ য়ুনৈনাখিয়ে। য়োইময়াই মুমিং ম্না খোম্মাদোন অতোনবনা মশাবি তাওহুইরেং অহনববু চৈবিবা। খ্বাই মুংজেংবগী রাইরা মতেনচা

নাওরা খোইজু তেমবু শোংকিরবদা 'তুবিমরামুং লাইরেন মকোন লুংদা শানথুপলে তুবি মৈনা কোরা থোখামলে। নপোইরৈঙ্চিন্দুম চিন নরাংঙম মংতু মমং থরা নারন পাই। পোইবৈ মিশন লৌকুমদা মিনাই লৌতাদা। শিংজা রাইকোইদা য়েল্লাং থৌচংতানা লম্বু তুবু মশেন তবেং লাইকম মশেনবু নারোন শিংলোম্মানা পানগে তৌগুম লাবদা নিংথৌ পোংবা তবামকনা রা তাম্মাখিয়ে। লৈমা তারামক্লা থৌরাংয়ে। কোবৌ মুমিং অমাদি নিংথৌ পোংবা তবা মক্লা স্না খোম্মাদোন অতোনবগী মরান খোংগুন লিবাবু লিখংদরে। কোবৌ মুমিং অমাদি মালেম নবোই লিবাবু লিখংদ্রবদা। য়াংলৌ লম্মা থাংদা হাইকুম লৌকুম্বানা হাইচেন লৌতাবিদা পাও হংঙমমে, খোইনৌ ইতাওঃ লোইরেন খুনবী লোক্তা লোকলেন মঙান নাইবদি করি মৈনো লম্বু তুপু মৈরা। তরেং লাইকমমৈরা, হেম্বা পাম-চাক মৈরা, থাংজিং উপি তাম্বা মৈবা, মতু তেক চাক মৈরা, হান্নৈনা পাওহংববু? হোইদা খোইনৌ ইতাও। করিগী লম্বু তুপু মৈবু ওইক্লপবনো। তরেং লাইকম মৈ, হেম্বা পামচাক মৈ। মতু তেকচাক মৈবু নংতেয়ে। য়োই ময়াই স্না খোম্মাদোন্না থ্বাই মুংজেংবম পিবাগী রাইম্না মতেম চা নাওরা খোইজুতেনবু সোংকিরবগী। তুবী ময়াম্মুং লাইরেন মকোনমুংদা লৈমুরোন তরক লৈহাওরোন মঙা মালেম লৈথন তরেং নোংশানা শানথুপলবগী মুমিং স্না খোম্মাদোনগী। নোংশা তরং মৈনে হান্নানা পাওহুম্ববু, নিংথৌ পোংবা তরামক্লা, মাতা রবগী। থিংলৌ নিংনা তেমা মরান ওনসেরকলে। নিংথৌ পোংবা তরা মক্লা পাওমেনলকয়ে। লৈমা

তরা মকও। চকপা লমলাং মাইবী খোমলেন মংজংথৌবিবু পাওকৌরুওঃ। হায়না পাওমেমলবগী লৈমা তরা মক্না চকপা লমলাং মাইবি খোমলেন মংজংথৌবিবু পাওকৌরুরে। নিংথৌ পোংবা তরা মক্না পাওমেললকয়ে। চকপা লমলাং মাইবি খোমলেন মংজং থৌবিওঃ। স্না খোম্মাদোনবু তুবি ময়ান্নুং লাইরেন মকোন ন্নুংগীবু পাওথেমলুওঃ। হাঙ্গৈনা পাওমেল্লবগী চকপা লমলাং মাইবি খোমলেন মংজং থৌবিনা মংপোংচাদং লুদা থোংনা খোমলেন মংজংখিববু। স্নুমিৎ স্না খোম্মাদোনবু তুবি ময়ান্নুং লাইরেন মকোন ন্নুংদা লমওক্নারুরে। চকপা লমলাং মাইবি খোমলেন মংজং থৌবিনা। য়োই মা য়াই স্না খোম্মাদোন অতোনবওঃ। নপোইরৈ চিন্দুম চিন নাৱাংঙম। মংতুমমং পোইরৈ মিশন লৌকুমদা মিনাই লৌতাদা শিংজা ৱাইকোইদা য়েলাং থৌচংতা লম্বু তুপু মশেন তরেং লাইকম মশেনবু নাবোন শিংলোন্নানা পানগে তৌগুমলকলে। তুবি নয়ান্নুংগীবু কারকওঃ। লাইরেন নকোন ন্নুংগীবু তল্লকওঃ। হাঙ্গৈনা পাওথেম্নবু স্না খোম্মাদোন্না হায়রে। চকপা লমলাং মাইবিও, নপোইরৈ খ্বাই ন্নুংজেংপিবা ৱাইরা মতেনচাবু শোংকিয়ে। স্নুমিৎ ইদোমদা থোকঙমলোইয়ে। হায়না ৱা কংলবগি চকপা লমলাং মাইবিনা খোমলেন মংফাওরকলে। নিংথৌ পোংবা তরা-মক্তা খোমলেন মংপাও তমলকয়ে। নিংথৌ পোংবা তরা মকও। স্না খোম্মাদোন অতোনবদি। মাই হায়না ৱাকংলে। অশুম খোমলেন মংপাও তমলবদা নিংথৌ পোংবা তরা মকনা ৱা তান্নরে, লৈমা তরা মক থৌরাংঙো। নিংথৌ পোংবা তরা মক্না পাওমেন-

লকয়ে। লৈমা তরা মকও। তম্ফারাঙমলোন খাবি লেংনাও ঙম্বীবু পাওকৌরু হায়না পাওমেল্লবগী লৈমা তরা মকনা তম্ফা রাংঙমলোন খাবি লেংনাও ঙম্বীবু পাও কৌরুরে। নিংথৌ পোংবা তরা মক্না পাওমেনলকয়ে। তম্ফা রাংঙমলোন খাবি লেংনাও ঙম্বীও। য়োইমায়াই স্না খোম্মাদোনবু তুবী ময়াঙ্গুং লাইরেন মকোন হুংগীবু পাওথেমলুও। হায়না পাওমেললবগী তম্ফা রাংঙমলোননা পাওমেনখিয়ে। নিংথৌ পোংবা তরামকও। ঐবু স্না খোম্মাদোনবু পাওথেমলুও হায়রবদি। পাগী পারম তাবনা পাথোম মঙাথোকও॥ নুগী নুরম তাবনা পাথোম তরুক থোকও। পরৈবনা পরৈও। থাংথোংবনা থাংথোংও। লাকশাবনা লাকশও। মালেম লেম্বী খোমরাই অহুম শেমও। ইপন তুবি অঙনববু পুনেম্ববু খোমলেন মংদারুবদা চেংঙৌ ফাহাপনৌও। য়েরুম কাংখিননৌও। ফিমু লৈরুম কুপও, কম্বী লৈখাম খোইজু তোলোং ইকও। অহুম্না পাওমেল্লবগী নিংথৌ পোংবা তরা মক্না পাগী পারম তাবনা পাথোম মঙা থোকলে। নুগী নুরম তাবনা পাথোম তারুক থোক্লে। পারৈবনা পরৈরে। থাংথোংবনা থাং-থোংলে। লাকশবনা লাকশরে। মালেম লেম্বী খোংরাই তরেৎ শেমলে। তরেৎ মৈনাইবগা নোইঙ্গু কাগুপ্পা মচেং কাইরৈ খুরৌ থাং ফিমু লৈরুম কুপ কম্বী লৈখাম খোইজু তোলোংয়িক। মচেং কাইরৈ খুরৌ থাংলবগা, তম্ফা রাংঙমলোম্না মংপোৎ চাদংলুদা থোংনা খোমলেন মংজংখিববু স্না খোমদোনবু তুবি ময়াঙ্গুং লাইরেন মকোন হুংদা লমওকনরুরে। তম্ফা রাঙমলোননা য়োইমায়াই

স্না খোমদোন থবী শেংগোইরেম জপানবা মালেম লাংজথৈ অথৈবা নংবু। মপন কোয়ৌ নোংবু খোম্বা মলেম লৈপু লুম্বী চন্নু স্না লিনগোইগী নোংপোক মহৌ লৈরাই পাংগা নিংথৌ চন্নুগা পালেম পিথাংশিন্না নাওয়োকপিবা মৈ। থৌহ্ নুংপাক থক্তা নাওনৌবা চানা লমথাংজৌনা খোইরেনবা লাইজা ইপাক থক্তা মিংথোনবিবা লাংলেন কোংয়াং ব্রাতোন থক্তা মিংতাকপা নংবু নগোইরৈ চিন্দুমচিন নরাংঙম মংহুম মং থরান নারন পাই। পোইরৈ মিশন লৌকুমদা মিনাই লৌতাদা শিংজা রাইকোইদা য়েলাং থৌচংতা, লম্বূ তুপু মশেন নারোন শিংলোম্ননা পানগে তৌগুম-লকলে। তুবি নয়া নুংগীবু কারকও। লাইরেন নকোন নুংগীবু তললকও হায়না পাওথেম্ববু। তম্ফা ব্রাংঙমলোনগী কোলোই ময়াথংবু মাই ব্রা কনঙমদনা তুবি ময়ান্নুংগীবু কারকয়ে। লাইরেন মকোন নুংগীবু তললকয়ে। মচেং কাইরৈ নাকতা য়েপপানা চেকলা খোংমরক্তা লৈমুরাবা মশোংচাওরকলে। মচেং খোংমরক্তা লৈহাওরাবা মঙান নাইরকলে মচেং কাইরৈ নাক্তা য়েপ্পানা চেকলা শাকন তুফাংফু য়াংলেন লুচাও খোই। ঙকশম তোংদম হাই। সমু খোংবু থিননা খোংথৈরবগী স্না খোম্নদোন্না খিংখিং খোং-গারকলে। নিংথৌ পোংবা তরা মক্বা হাওশি ঙমগচিংনা লোইবি চিংবু রোইবা। হেম্বা তম্বু থনবা পুন্নমক্বা লেংনা কোইনা পুক্রম ঙময়ে। পুক্রম তাইবিরোক তৌনা কৌয়ে। নিংথৌ পোংবা তরা মক্বা পাওমেলকয়ে। তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাথংবগী মমাইবা কোন্দেনাকথংমাই নংগা। কেকে মমাইবা

থিংগোন মোরিফৌবিযা চা ম,থি মংলাং চুম্বা। শোইবা য়ুংবা মাই অমাই কাইজবা নংগা লাওও। য়োইমা য়াই অসিবু মুনিং মমাই মকলে। থবি মমাই তাইরে। মুমি- থবা মচুপশাবু তম্বীরো হায়না পাওকৌরকলবগা, তুবি য়োই নোংদা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমাইবা কোন্দে নাকথ, মাইনা শরেন য়েংলমফম। কেকে মমাইবা থিংগোন মোরি ফৌবিয়াচা লা,জেং লা,মৈবা ম,থি মংলাং চুম্বা শোইবা যু,বা মাই, অমাই কাইজবনা শমু ওইরম ফম্মা যোই ময়াইবু পুকমযিনা শানদে,বিথিয়ে। পুকম তুইগিয়ি। লাংবন চিংজাও যি। চি,শা, কোইবেন যি থাংজি, শানদেংয়ি। কেকে রাইথু পোকপি লোকলৌযি। মোইরা,- লাইমাম থানবী থনলোইযি। কোবেক অনি শোকতোকয়ি। নান্দা নান্দা চৈজি,যি। চেকলা পেম্বী নিকপু অমুবনা খুমাং লৈচেং ফামনা হোংনা লাইজা ইখংখো, কেকে রানবী শুনা ইরান খোং মোইরাং থিনবী শুনা ইতম খোং কেকে মানবা শনশেনযি। রাইথু খুললোংযি। থবাও লমশ,য়ি। শোইথক লমথামযি। ঙাচিং শানওনয়ি। মমাই অরাং পাংনা চেমবা য়িগা কাইরৈ পযেন পুযেনলুম্। য়েনপং ফাইবংবা। লৌহিংনাহকপা। পু,ফাই তোলোংবা শিদানাদা নাখাই নাত,। নাপি,শিংবি, নাপু নাশেন, লৌদ্রে, চাদ্রে, উথোক তাইরেন পুংফাই য়াওনা মুমিং থবা মচুপ শাবু তম্বী- রবদা মুমিং মমাই লুরকলে, থবি মমাই হেল্লকলে, স,াথোম্মাদোন অতোনবদি মশাবি তাওহুইরেং অহনবগী মাইথং মশা তাল বু নম- লোবা, তপ্তা মঙৈ থোম্বু থোমলৌবা পাখং য়ারাই কোনবু কোনলৌবা স,া থোম্মাদোনদি লৈজাহনখিস্নুনো নম্বু হেবুংথৌ হে বেম্মাশিংদি মুমিংকুম্মা লুনরগে। থবিগুম্মা শে,নবগে হাঅ,, হা য়েং ॥০॥

## মাইবা রোল

হা হা হোই মস্নুরা মন্নাইরা তিংদাইবা য়াংদাইবা তিংফাংপা য়াংফাংপা রারেন লালেন্ খুনচিন লানচিন্ মিচন মিপাও অরান অহুই ফুকতোক্কে । হা হা, হোই হোই, নোংদ্রেন পাখংবা মরুপ্বী লাইস্ নাদি লোইরেন লোক খুনবি লোক থামোইনা নোংমোইনা মপারি খুনসা য়োইদমশা মপিয়োন মপায়োন । পিয়োল্লা পায়োল্লা পিসাই পাসাইরববু মমাইবা কোন্দে নাকথং মাইনা হুইমুতো মান্নুংলৌ য়েনমুতো নন্নুংলৌ মেনাং তনবা মনাকনেৎ সাহু মানতে লৈনা ফোইনা চুপশাতম মোইফেনতম । চিনফুতম্ মাইতাতম্ থিকশেমতম থাসেমতম্ মিৎলুতম মইরুতম্বু চুপওইনদে লাইওইনদে । য়োইমান্নু চুপমা হোই য়োই মন্নু লাইমাতেম্ ।।০।।

ভাংভোই য়োই মোংবদি । সস্থোং লোক পুংবুলোক্ মতৈদো মনাওদো শকমাশিন্ শামাসিন্ শমলাংশিন, মাইভৌশিন থিকব্রাংশিন্ থরোংশিন সানসিন পুনসিল্লারববু মমাইবা নোংবু হাওরোং মাইনা হুইমুতোম ন্নুংলৌ য়েনমুতো মন্নুংলৌ মেনলাংতনবা মনাকনেৎ সাহু মান্দে লৈনা ফোইনা চুপ্‌শাতম্ মোইফেনতম চিনফুতম মাইতাতম্ থিকশেমতম্ থাশেমতম মিৎলুতম্ মাইরু তম্বু। চুপ্‌ওইনদে লাই ওইনদে য়োইমান্নু চুপ্‌মা হোই য়োইমান্নু লাইমাতেম্ ।।০।।

## মাইবা রোল

ঙাংঙোইবা য়োইমোংবদি চিংগেল হৈরে তম্‌গেন হৈরে। অতোমলোই, অমেৎলোই, য়াওন লোই, থৌতমলোই, পালিং থোংলিং লোই, লৈতৌ য়োং নাফানথাং লিকলাথাংনা খানখন তুলাইকুপ তোলাইথা ফিবুন লাংবুন লোই। শমচেৎ শময়ালোই ফুংগাপাল মাইশৌরাংবু লুম্নবা মরুম্বী হাওনুখু হাওনুহন লাইতোংখু লাইতোং হন্দি য়েনয়োম খোমহানগা সিংপাক মাইতৈগা। য়ুহি চাহিগা চাতুম চাঙানগা মেরামেনতোংগা হোংনেৎচাওনেৎকা লাংহৈবি কাকয়েন মিঙম্বীকা নাহুনবি লুম্নাবা মমাইবা থিংকোন-মরিং মাইনা হুইমুতো মনুংলৌ য়েনমুতো মনুংলৌ মেলাংতম্বা মনাকনেৎ শতু মানদে লৈনা ফোইনা চুপশাতম মোইফেনতম চিনফুতম মাইতাতম থিকশেমতম থাশেমতম মিৎলুতম মাইরু তম্বু চুপ্‌ওইনদে। লাইওইনদে। য়োইমনু চকমা হোই য়োইমনু লাইমা-তেম ।।০।।

ঙাঙোইবা য়োইমোংবদি হাওরেংচীং, নাইরেংচীং, থোংনাং মানলৈচীং লোনলোই চিংমহুৎ তানলোইবি মরুম্বীচীং চেংকোই কোইনবী শংলৌবী তরাবী পীফুবীবু লমগাঙনরে। য়ুকাওনরে হায়েং শোই মনুংশোই নোংগা শোইরবদা য়িপারীনে য়িমোমনে ফাদাথোং নান্দাথোং খাজাইচুপ্‌। লেংলোইচুপ্‌, শমলাংনান্‌ তোনগা নান্‌ মিকপ্‌মিরাওগা তম্বীবা মমাইবা য়োইনাও লাংপোকস্নুনা হুই-

মুতো মন্নুংলৌ য়েনমুতো মন্নুংলৌ মেনাংতনবা মনাকনেং । শহ্নু মান্দে লৈনা ফোইনাচুপ্ শাতম্ মোহফেনতম চিনফুতম মাইতাতম থিকশেমতম থাসেমতম মিংলুতম মাইরুতম্বু চুপওইনদে । লাইওইনদে য়োইমন্নু চুপমা হোই । য়োইমন্নু লাইমাতেম ।।০।।

ঙাংঙোইবা য়োইমোংবদি উনথক, পৌত্তিংথক্, লংদিং থক্তা, ইমুথোক নাইমুথোকনা পৌরন্ নারননববু মমাইবা পানম্ য়াংকোক মাইনা হুইমুতো মন্নুংলৌ য়েনমুতো মন্নুংলৌ । মেনাংতনবা মনাক নেং সাহ্নু মানদে লৈনা ফোইনা চুপশাতম মোইফেনতম চিনফুতম মাইতাতম থিকশেংতম থাশেংতম মিংলুতম মাইরুতম্বু চুপওইনদে লাইওইনদে । য়োইমন্নু চুপমহোই, য়োইমান্নু লাইমা তেম ।।০।।

## চুকশাবদা শোনগদবা লাইশোন

অহানবদা অনম অথৌ নাহৈরোন শোল্লগা তুদেংলোন মুমিং কাপ্পা মাইবারোন মঙা শোনগনি ।

## চুকশাবগী পোৎযাও

ফিরাং মরাক তাইবা অঙৌবা অহুম । ফি অমুবা অমা । খুদৈমরি য়োং খুনেং অনি, শেনখুনেং মরি । হৈ মনম নাইব অমা লৈশং অমা, কোনয়াই পুঃ অমা, লৈখিদ্রিবা মী অত্তুগী ফিরোই অশুম্বা অমা পিবাগী ফিরোই অশুবা অমা । লফোই লাফাং চংথোকপা তরা ক্বা মনা তরা, কবোক অথুম অহাও চু হৈকল লাকন চেং লা ফৌদাং থুমপাক মরি, থাংজৌ ১, খুমু অঙৌবা লাবা ১, য়াংকোক ১, ফকলোং ১, চাকথোংনবা চফু উয়ান পুথম তেংকোং ঈশিং থক্লাবা ১, য়োংশাবি ১, খাবৈ চেগপ উরুক ১, ডাম্মু মরুম ২, কম্বী ১৬, অথেনপোৎ ২, খোইজু লৈখাম (শিংনাং) নত্রগা য়েংদৌ ১, দক্ষিনা অচোইবা ২০, হরায় অকাবা খরা মুং ১ লাংগোম, ঈশিংদা তাবগীদি লোং অমা য়াওগনি ।। শাগৈগী য়েলহেন হেল্লম্ব অত্তু ১ চংগনি । অত্তু লৌখৎকনি অনৌবা ১ অমুক হেনগনি ।।০।।

লোইরবা ।

থুংহৈদা লৈরিবা

মাইবগী লাই হরাউবা লাইশোল

(২শুবা শরুক)

(হিরম-ঔগ্রি লাইরোন, থেমচো, লাইরেমপাউশা উয়ান-লোম্বচিংবা)

লাইরিক ফংফমঃ—

১। কৌমু প্রিন্টিং প্রেস, নাওরেমথোং

২। অইবগী য়ুম